অইব
সত্যবতী—
মৈনো লৈরক

অকোংব—সোগাইজম ওংবী প্রমোদিনী
মোইরাংথোম, ইম্ফাল

অহানবা খুৎনম
জুন ১৯৮৪ ইং, কপি ১০০০
মমল লুপা তরুক

ছাপা :
ভাগ্যবতী কার্য্যালয়,
চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স, ব্রাঞ্চ
থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল



৺হাওবম ইবুংঙোয়াইমা সিংহ

পোকপ—জুলাই ২১, ১৯০৬ ইং        লৈথিদব—এপ্রিল ১৯, ১৯৮৩ ইং

"পাবুং ঐগী লাইরিকসে কৎচরী লৌবিয়ুকো"

— সত্যবতী

# ৱাহৈ খরদং

লাইরিক অসিমক্তী ইব লোইব ফন কুইরবনী। ঐগী অহানব লাইরিক 'মল্লব ডাইরি' ফোংদ্রিঙৈ মমাংদ লাইরিক অসিগু লোইরবনী। অতুবু ফোংবগী মতাংদদী ঐঙোন্দ ইঙম ঙমদব, পাংদব মতাং অমা ওই। তশেংনমক হায়জরবদ ফোংলগে হায়ন হেক নিংবদ ৱারী অসিন ঐঙোন্দ অকিব অমা হেক্ত পোকহল্লী। অস্থন্ন চহি কয়া নমশিল্লক্লে কোনথংদদী ইশা ইতোমত অকিব অমমুক পোকলক্লে মতুদী লাইরিক অসে বোই ওইন অস্থমক লৈরগদরা, ৱারী অসে লিথোকতন লিপ্রগদরা ?

ৱারী অসিমক্তী অহানবদ ৱারি মচা ওইন ইজবনি অতুবু মতুন ঐগী থম্মোইবু করি অমত্ত পেলহনব ঙমখিদে থোইন হেন্ন ককওাওনবা, চৈনা অমতুম চুথি মতুমক্ল ঙসি মসি ওইখিবনি।

ঙসিদী ঐঙোন্দ লৈরম্ব ঙমদব অকিব পুন্নমক অতু নমথাযজুন অফ-ফত্ত পুন্নমক্কী ৱাংমদ লাইরিক অসি ফোংদোকচরে।

জুন ১৩, ১৯৮৪

ইম্ফাল

সত্যবতী

খোংজোম

(১) লাল থোকত্রিঙৌগী

মতমনী। খেব চীং অমদী

লাঙথেল চীংগী অকোইবদ লৈরিব

চীংশিং অসি উ-রা নাপীশিংবীন মরাং

কায়ন হৌরম্মী, অমগী মথক্ত অম লোইরোই

লোইরোই ননশিন্নখ্রিনা চীংমায়শিং অসিগী মরক্ত

নপতুন লাক্লিব খোংজোম তুরেলন তপ্প তপ্প চেন্থরকই।

তম্পাক য়োরব মতমদ লমশাং লাকপগী অরাব পুন্নমক পোত্থোকতুন ঈমায় মান্নন নিঙাইদন লৈথোকই। তুরেলগী লৈরাই অনীমক অশংব নাপী হৌই মসিন অমুক্ত হেন্ন ঈচেল অসিবু মপুক তপহল্লী। কোরৌ-হুনবগী মঙালন মপুং ফান য়ৈবদ অরংব কারব ঈমায়হু মালংগী তাপ্পা ফংবদ মচেৎ মচেৎ কাহুন তগুপ তরেংহল্লী।

খেব চীং অসিগী মথোঙদ নুপামচা অমগ নুপীমচা অমগ নিতিগী শানৈ। মথোয় অনি নোংমত মতোমত লাক্তে হুমিংখুদীংগী হৌনরগ লাকই, মখুৎ শন্নরগ চেনমিন্নরকই, মফমসি য়োরগ থাদোক্লে, পীক্লিব ঙাক্তনী চহি ৭/৮ লোমদগী পংহেন হেনখিরোই। নুপীমচা অসি রাশি লৈ মোং হাদে নুপামচা অসিন নুপীমচা অসিদগী কুচু ঙৌব হেল্লি, মশা ফৈ মুন হৌব মশমহু অয়াম্ব মতমদ জ্বাই জ্বাই লাইবক্ত তাহুন লৈ। নুংশা মঙালদ শান্নবন চীরাই অনীদ হুমাং মরীক মরীক কায়। কা হেন্ন কুচু ঙৌরবন্থ চীংলৈবাক অসি পায়হুন শান্নবন অয়াম্ব মতমদ রাওতক তৌই। ঐথোয়ন নুপামচা অসিগ নুপীমচা অসিগ ফজব কনান হেনবগে হায়ন হংলবদী অহানবমক্তদ নুপামচা অসিন ফজব হেল্লী হায়ন ইরায় লায়ন হায়দোকপ য়াই অহুবু নুংশিব হায়ব শকফম অহুমদী নুপীমচা অসিগ পাবিনিঙাই তাঙডী। মহাক্কী নাতোন নাকচীদ অমদী চীনবান মথাগী অকুৎপদ কারিব হুমাং

মরিকশিং অহু ঈশ্বরন থওইন চাইশিনব মাল্লী । নুপামচাহুন হায়রকই নুপীমচা নঙ ঙস্তান থোকলকউব, ঐদী হৈনৌ মখোঙদ নঙবু য়াম কুইন ঙাইহুন লৈ ।

নুপীমচাহুস্ন খুমলকই—নঙ ঐন ঙসাই কোন ফেংবহু উবরা ?

নুপামচা—উদে ।

নুপীমচা—ঐস্ন নঙবু উদে ।

নুপামচা—ঐদী নখোয় ইনে উনী হায়হুন মকুমদ লৈয়ে মখা তারকখি নখোয় ইনে উরবদী চো চো ঐখোয়গীদী শংদে হায়হুন হেক্ত তাল্লী, নুপীমচা ঐদী নোই ইনেসে নুংশিদেবু ।

নুপীমচা—হায় ঐদী য়াম' কিজৈ, মাদিনে ইঙোচাকা পোড্রবদী য়াম্ন থীন ফুই, তো নহান ফুবগীনী হায়হুন মকম্লাক উৎতুন চৈথম লৈরিবহু উৎলী ।

নুপামচাহুন মখুৎন তপ্ন নাল্লগ-অস ! নাদ্রা ?

মহাক্ত থুন খুমলকখি—পাখঙমচা নারিয়ে পায়রকনু ।

নুপামচাহুন—নোই য়ুমদী য়াম ফত্তে ঐখোই য়ুমদী য়াম ফৈকো ।

নুপীমচাহু' ওইনকোই করিবোই মমিৎতু পৈন য়েংলহুন অং ।

শান্নরিব অদোমলোমদ অমুক পূক্লীং ওনশিন্নরকই ঙহাকতুগী মনুংদ শান্নরস্ন রারী কাওই ।

নুপীমচাহুন হায়রকই—হো নখোয় চেং লৈবিবরো খিৎত পুগে

নুপামচা—পু পু, সে হয়েং অমুক শিংলকউকো । লৈবাক মকুপতু খর পী ।

পাখঙমচা নুপীমচা হায়ব নিং অসি মখোয় মগোয়গী অশেংব মিং নত্তে মবানিত কৌনজবনী । মিং অসি কৌনব হৌখিব নুমিৎ অহুস্থ মখুৎ শম্নরগ চিংখোংসি তান্ন চেনমিন্নরকই, মফমসি য়ৌরগ

থাদোক্লৈ, শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লী ঙুপামচাহুন ঙুপীমচাহুদ য়েংলগ

তমুবী ঙহাক্ত পোথাখিসি চেল্লকপদ য়াম্ন ৱারে

মহাকস্থ খুল্লকই—উম ঐস্থ য়াম ৱারে।

ঙহাকতমক লৈরী তমুবীন হেনজুনহা শানং হৌরসির ?

হোই, ঙসিদী করি শানসিগে

তমুবী হায়ৱিবহু থোইন তাদে মপাল শাৎপ নাপীশিংহু অমমমত হেক্কুন লৈরম্মী। হেনজুনহান হৌগৎলক্লগ ঐ ঙসিদা পাখঙ শাগে

নঙদী ৱাংস্থ ৱাংদন

ৱাংদবস্থ শাগে, নঙস্থ লৈশাবী শাও

তল্লী, ঐদী শারোই ঐখোয় ইনেতোনখোয়দী য়াম ৱাংঙি কৈং

ঙহাক লৈরুরগ হেনজুনহান অমুক

অহু ওইরবস্থ ঐদি শানী, হয়েংদগী ঐ পাখঙ ফারদোইনী।

অহুদী নঙ পাখঙমচা ওইরে।

অং ঐঙোন্দ পাখঙমচা কৌ

ইঃ পাখঙমচা—

হাও। ঙহাক লৈরগ অদো নঙদী পীকস্থ পীকই লৈশাবীস্থ শাদবনীন ঙুপীমচা কৌগেকো।

করিগী ?

হেঞ্জুনহান তমুগী মনাক্ত চেনশিলক্লগ তো নঙদী সিদ লৈয়ে হায়হুন মাগী মনা মতোন্দ তমুগী অৱাংব তমলম্মী।

ঙুমিদাংৱাইরমনী। হেনগ তমুগ চীংখোঙদ লেপহুন চীংদোনবু য়েংলী।

তমুন হায়রকই—খাই মতোনসিদ লেপলবদী মী লোয়ন উনীকো।

হেন—উম নখোয় য়ুমকা ইঙান ঙান্ন উনী

তম্ন—নখোয় য়ুমদী উ অচৌবা হৌবনীন উরোইকো।

হেন—অং! অদো ঐখোয় হয়েং চাওরগ মতোনশি কাশি

তমু—হৌজিকস্থ কারুশিব ।

হেন—কারুশি কারুশি ।

অঙাং অনীহু লেপলম্বদগী চীং কানব চেনখৎলল্লম্মী । অতুগ চীংমায়তুদ খর খর কাব হৌরল্লম্মী, অতুবু মখোয়ন ফন কন্ন নোনথহুন কাননব হোৎনরবস্থ পংশাং শাংন কাবদী ঙমলমদে । ঙহাক্কী মতুংদদী মখোয় অনীমক য়াম্ন হ্নারে, চীংলোমদ মতুং ওনথোক্লগ মমায়হু মপুং ফান লৈথোরকতুন ফমহুন লৈথোক্লে । হুমিৎন চীংয়াদ থাংব তময়ান কোরী চেনব লময়োৌব মতমনী । মালেম অসিন চপ মান্নন সনা মহি চাইবগুম নীংথিজগ্রে তারমদাই হুমিৎকী ঙা-ঙ্রাব মচুহু চীংমায় অসিদ ২ মপুং ফান য়োৌরকপন অঙাং অনীগী মাইথোং অহু কা হেন্ন নীংথি-জহল্লী । মখোয় অনীমক নোক খেন নোংথক্কী লৈচিলবু য়েংহুন ঙ্গাগী শারী ।

হেন—হুপীমচা য়েংঙো আদগী লৈচিলসে শামু মানদ্রা ?

তমু—সোমদ খর থিনদোরকইব অসিন মনাতোন ।

হেন—অং ঐদী অসিগী মথক্ত তোংনিংঙিবু

তমু—চো শামুবু কিজদ্রা

হেন—শামুদ মী তোংঙিনা

তমু—অদোইস্থ হুপা অচৌবন তোংঙি ।

হেনন ঙহাক তুমিন্ন লৈরুরগ শামুহু হৌজিক্তী শিগ্রমালে লৈত্রে ।

তমুবীন য়েংখৎলুবদ লৈচিলহু শকফম হোংলমলে মুন্ন য়েংলগ পাখঙমচা ঐদী অসিদ তুমনীংঙি

হেন—অসিদ তুমলবদী ফৈজুপ শুপত্রবস্থ য়াম লুমনী ।

মখোয় অনীন কাখৎলিব মফম অতুদগী মথকলোমদ অমুক কাখৎলুব তৌদন মখারোমদ কুমথরল্লম্মী ।

হুমিৎ অসিগী ময়ুম হঞ্জিনখিবদ শুমাং মতোন্দগী মনেন তমুবীবু ফুথখি । অঙাংহু মখোন ফান ফান কপখি অহুগ হেনদী মমান হেক উংদ হায়রকই 'নওবু অস্থক থেংলফাওব কদাইদ চৎলুবগে চরাক অমত্ত

ৰাল্লরোইদরা' হেন্ন 'কদাই পিরো চারগে'। হেন্ন চরা ৰানখি তমুন কপ্প কপ্প থবক নোমখি। নুমিৎ কয়ানী মনেন তমুবু য়ুমদগী মপান থোকহনদে। হেনসু কোম্হোং ৰাংমগী হৈনৌ মখোঙহুদ চেপথ চেপথ নুমিৎ কয়ানিদু লৈখি।

চয়োল অমা উনরুদ্রব মতুং নোংম হেলক্লগ মখোয় উন্নবা ফংঙী। মখুং শন্নরগ শানফম তান্ন কন্না চেল্লকই। তমুন হায় ঐখোয়ন নহান শারম্বা চাংদো কায়রম্মদরা ?

কায়রম্মনিবু, অদোইসু ঙসি অনৌব অমমুক শাশি।

ঙসিদী কায়দনব লৈখোম তৈশিনসি।

হোই ঐ লৈখোম পেক্কে।

মখোয় অনী ৰারী শান শান প্রাথ্রা-লুথ্রা হৌব লম্পাক অদু লানথোরক্লম্মী অদুগা খোংজোম তুরেলগী তোর্ব্বান্দ লেপমীন্নররে। খুৎক খুৎক শন্নরম্ব থাদোক্লরে নুমিৎ নিনি হুমনি নোং চুরুবদ তুরেলগী ঈমায় চোলমলে, তাংথক নাইন জিরী জিরী নোংচুপ মায়কৈ পাংথ্রী। অকংব উনা-ৰানা চরোৎকী মরাশিংন ঈমায় অসিদ তাউন তাউন ঈরৈবু মায়োক্লরী। হেনন লৈরাই ময়াহুদ খর কুমথরক্লগ লৈখোম পেক্লব হোংনরম্মী। হায়রকই—ঐ পেক্কে নঙ হোল্লুকো। তমুনা মঙক নোম্লহুনা— ঔ।

হেনন লৈখোম পেকই তমুন চেন্দুন শানফম তান্ন থমলুই অমুক চেল্লকই হেনগী মখুত্তগী অমুক লৌই অসুম্ন মখোয়ন লৈখোমদু খর খর হোনব হৌরক্লম্মী।

অতিয়া তশেং তশেংই মচু ফজৈ অদুবু নোংচুপ চীংশাং থুংন অমুব নোংন থান কুপখিবন নুমিৎকী মশক্তী উবা ফংদে। শুক্র মম্লব নোং মপৈদা নুংশা মঙালন য়ৈরকপদ তাংজ-লিন্ন য়েৎপগুম মপান্দ ইরং লংন চৎতুন অকিবগী মশক মান্ন মনিং থংব মায়কৈদ নোং হৌরক্লী। অশং অমানতন থল্লব ঈশিংন মরাং কায়ন লৈরব মফম অসিদ নোংথক্কী শক্তম অসি নুঙাইব নত্তে অমেংবা ওইদে অহোইনহুম

অকিব ওইহল্লী অহুবু দৃশহু অঙাং অনীহু নাচুংদে। তোর্ব্বান্দ হেনন লৈখোম পেকুই তমুন হোল্লী। তমুবী লৈখোম পুহুন চৎখ্রে, লৈরাইদ হেনন লৈখোম পেকহৌরী। হেনন মখুৎন লৈখোমহু পেক্ক পেক্ক মখোঙহু খর কুমথবদ নানথহুন ঈশিংদ তারে। হেন পিক্লব অঙাংনী ঈরোইব হৈত্রি অমুক্ক হেন্ন লেংখোৎ তৌবদ ঈশিংদ মপুংফান তারে। ঈথক ঈরৈন হেনবু ঈয়ায়দ পুথরক্লে, মহাক ইরাক্করক্লে।

তমুবী হংগৎ-হন্দা চেনথোক চেনশিন তৌই। হেনগী মনাক্তগী লৈখোমহু পুই হেনগী মনাক্ত অমুক চেল্লকই অসুম্ন তোইন চেনথোক চেনশিন তৌবদ ৱারে হন্দকতগীদী তোক্কসি হায়গে খন্ন খন্ন লাকই। লৈখোম পেকফম য়োরে, অহুবু হেনদী লৈরমদরে, কদাইদ চৎখ্রে খন্ন খন্ন কোইয়েং য়েংই, লোৎলিবোই নিংহুন থংকৌ কৌরকই 'পাখঙমচা'। লৈন য়েংই—হেন থোলকত্রে। তমুন তপ্ন তপ্ন কৌরকই হেন হেঞ্জু, হেঞ্জুনহা— করি অমত্ত খুমলকতে মখোন অমত্ত তাদে। তমু, তপ্ন তপ্ন লৈখোম পেকফমহু তান্ন কুমথরক্লম্মী।

পাৎত চাকতারম্ব উচেকশিং মহুম মায়কৈ পাংখ্রে লবুক্ত লৈরম্ব কাংঙস্থ অমমম পাইখৎনখ্রে। শনজেননহাশিংস্থ মাংদ শল্লুপ থাহুন মথং মথং কাখৎনরক্লী। তথক তথক্লব তমুবীগী মমিৎতু পি তারকপ হৌরে। মহাক্ক মফমসি য়োরকপ মতমদ হেন ঈশিং ময়ায়দ লৈরবনী। মহাকপু মপুং ফান মশক উত্রবস্থ ফিজি ফিনাদী লুপলী লুপলী হায়যেৎ উহৌই অহুবু তমুন মদোমলোমদ থোইন পুক্লীং চীংশিনব ঙমলুদে, হেঞ্জুনহাবু কৌরহুন মহাক চান্নন কপথোকখ্রে। খুলগী শল হোইগৎলকপ নুপা অমন তমুনা তুরেনগী লৈরাইদ কপতুন লৈরম্বহু উবদ ঙকতক থোকই চঙশিল্লক্তুন হংই 'হায় তমুবী কৈদৌরিবনো'?

তমু মমিৎতু য়েংলমই করিগুম্ব অমত্তদী খুমলকতে কপতুন অহুমক লৈরম্মী। নুমিদাংৱাইরমগী মতমহুদ লেপতব তুরেলগী ঈচেলন মখোঙ মচাহুদ তপ্ন তপ্ন য়ৈবা হৌরক্লম্মী। নুপাহুন তমুবীবু খঙই

মহাক্কী কনা লৈত্রে, মনেগী ময়ুম অতুদ তমুবীন করম্ন লৈবগে হায়বস্থ অচৎ অংকত খরমথৈদী অতুমক মখণ্ডবনী। নুপাতুন কুমথরক্লগ তমুবীবু মখুৎ পারতুন তোর্ব্বান মথক্ত পুখৎলে হংই—

নওবু কৈদৌরম্লিবনো, ঈশিংদ তারোইস্ত্র, কিজত্র, তুরেলসে য়াম্ন লুবনিনে—

নুপাতুন চংলসি হায়বদ তমুন য়াদে অতুবু থেংজিল্লক্লবতুদদী নুপাতুন চিং চিংতুন থেংলে লাও লাও হায়তুন পুরক্লম্মী। 'নওবু কনান করি হায়বগে, কনান স্কুরস্বগে' হায়ংনচিংব হংবদ তমুন কপ্প নস্তুন করিগুস্ব অমত্তস্থ খুমলমদে অতুবু মাগী মনে উবদগীদী চীংলগ নমতুন থাংহলস্ব থাংনিংলমত্রব মহাক্কী খোওথাং অতু শাফু পীরুব তৌদন মতোমতমক থাংজখি। নুপাতু চংখ্রে। মনেন তমুবু হেক উবদ লাউরকই— কদাইদ চংলুই অস্তুক থেংলব ফাওব, খুপাক্ক অনিরক্ক শানথখি। তমু ইমুংদ চেনশিনখ্রে মতু ফাওব মনে ৰাশা অম পায়রগ মতুং ইনখি।

(২)

মচা

কায়নবগী মৈচাক্

ঙাওরব হেনগী মমা,

মপা, মবোক অমদী মচেন

তমুগী ময়ুনদ লাক্লুন হুংলবদ নত্তন

লৈকাইগী মীন ফাওব তমুবু হেক উবদ

মফম খংদন মাংখিব হেনবু হুংই 'হেন কদাইদ

চংখ্রে, কদাইদ চংকনী হায়রম্বগে' মতু তাবদ মনেন

শাওন শাওন ইমুংগী লময়ায়দ চৎতুনা ঙাংঙি 'অঙাং

মীওম্বী মীগী মচাতু কদাইদ লৈবগেনে, নওন হাৎতোকখ্রবনে,

ঙসিদগীদী নঙ কোম্হোং রাংম হেক লাল্লু'। কিবন অঙাংতু কুচু মাংঙি মপি তাই। মহাক্ খ্বাইদগী কিজবসে হেনগী রানী। মহাকস্তু খঙদে হেন কদাইদ লৈবগে। হেনগী মরা পল্লকপ মীপুম খুদীংমক তমুন কি উরগ চেল্লী অতুগ কনাগুম্ব অমগী মফমদস্তু হেনদী অস্নুম তৌখি হায়ব রাহৈ অনত্ত কাংথোকপস্তু লৈখিদে। মরক মরকত মখোয় কেকু লোৎপী শানৈ তমুন থাজে হেন লোৎলী মাবু লঙনৈ নোংমদী শোয়দন কেকু ফোং তৌরখিনী হায়বসি মহাক্কী থাজবনী মনেগী চৈনাখোল্ল মরক্ত হেনগী তুশোন্নবগ অনীসিগী মরক্ত অঙাংগী থম্মোইদু মন্নব কান্নংদ নোংম নোংমগী লেল্লকই।

অতুগ পিক্লীব হেনজুনহান ঈশিংদ তাহুন থোৎলব হকচাংন ঈরোম্নুংদ চনখ্রবস্তু তমুদদী হেন কদাইদ চংখ্রে, মহাক হৌজিক্ত লৈহৌবনী, লৈরমদবনী মহাক সোয়দন লোৎলমগনী তমুগী রাখলদ হেন লাপ্না চংখিদে অকোয়বদ মহাক্কী মরুপতু লৈ খল্লী অতুগ পিক্লীব হেনগী

থৱায় অতুস্থ মফম খঙদন চংলুব ঈপাক অতুদ মায়থিগ্রবস্থ অরোয়ব ফাওব তমুবু কৌরম্মী মহাকপু নীংশিংখি। শিনিংদন শিঙমদন শিখিব পুন্সি অতুগী থৱায় অতুস্থ লাপ্প চংলমগদবদী মান্দে।

ঙরাং হুংথিল মনেন তমুবীবু ফুখি ফন শাথিন ফুখি অস্নুম শাথিন ফুবসে মৱক মরক্ত হেক হেক য়াওই ঙক্ল থোকত্রবস্থ ঙরাংগীহুস্থ অকনব হুমিৎশিংগী মনুংদা অমনী। থবক মচা অম সোয়রুবগীদমক তমুবু অতুক থিন ফুখিবনী। ইমুং অসিদ তমুগীদমক পাম্বোম তিংবিনিংঙাই কনাস্থ লৈতে মচাশিংন তমুবু খরমখৈদী হুংশিজরবস্থ মখোয়নদী মমাদ করি হায়জব ঙমগনী, খাম্বীনব লৈতন ফুখিবহু তমুগী মথক্তদনী। শাথিন ফুখি মখুৎ নাম তেকখি অতুবু তেকচৈ হায়বদ মঙাই অতেকপ মখুৎ অতুবু মুক্ল মুক্লহন হুমিদাংহু চাক থোংখি। ময়াম পুম্নমকপু পীজ পীথক তৌরম্নগ তমুবীন তুম্নব মাগী যমুংদ চঙলকপদ ঙসাই চাকখুমদ শিজিন্নখিব হৈজ্রাংহু ফিম্নুংদ পুরকই। তমুন সংসার অসিগী অফ-ফত্ত মশক মুন্ন খঙলুদ্রবস্থ লৈরিব সংসার অসিদী মহাক হৈনদ্রে তশেংনমক হায়রবদ মহাক হুংঙাইদ্রে সংসার অসি হৈনদ্রে থাদোক্লীংলে।

য়ুমগী খ্বাইদগী মনীংথংব কা লাইনিংথৌগ শম্নব কা, নাকন্দ শীং খরস্থ থম্লীব মচিহুদ বোরা খরগী মথক্ত তমু তুম্মী। হৈজ্রাংহু মোন মনাক্ত থম্নগ তমু তপ্প হিপথরকই। মশাহু চোকথবন তপ তারে ঙসাইমখৈ থিংহুন থম্লম্বগুম ফমুংদ হিপথরকলব কান্দ মমিত্ত পি লিরি লিরি চেম্থরকলে মহু মান থাং অহু উবদ নত্তে হৌজিক্ত মশাদ চৈনা ফাওরকলী। তমুন হিপ্প হিপ্প অনাব মখুৎ অতুবু তপ্প তপ্প নাল্লম্মী অতুবু অতেকপ মখুৎ অতুদী অস্নুম অস্নুম পোমখৎলকলম্মী। চৈনাস্থ অস্নুম অস্নুম হেনগৎলকলী অতুবু পঙলীবী মহাক্তী অহীং থেংলফাওব নান্দুন মমাংঙৈগী হুংশিরব মক্লপ অমবু নীংশিং নীংশিং কপলম্মী। তমুন মী খুদীংমকপু কি মরমদী ইমুং অসিদ লৈরিব মীপুম খুদিংমক অসি তমুন চহি হল্লবস্থ পুম্নমক মথক থোংবনী ব্রা অমা হায়রকপদ তমু তৌদব য়াদে নত্রবদী খোম্থী, অসিগুম্ব ব্রাখললোন অসিন মখা থান

লৈখিবনা, পংন মপান থোকচদবী অসিন উন্নরুব মীপুম খুদীংমকপুস্থু কিজৈ। মসিমক হেন উন্নখিদ্রব মতুংদ অমুক্ক হেন্ন চেৎশিনখি অতুমকপু মী অমখকতংদদী কিব য়াওদে মত্ত হেন ওইরমগদ্রা ?

অহীং মমৈ ওইরকলবদ উইরোল ঙহাক তৌখি মতুদ মাগী মরূপ নুংশিব হেন লাকতুন হায়রে 'তমু নহাক য়ান্ন ৱারব্রা, নুংঙাইত্রবদী ঐগী নাক্ত লাকলো ঐ নঙবু ঙাইহুন লৈরী' চহি তরুক্কী মতুংদ মপুং ফানা চাউরব মরূপতু তদেক তদেক মাঙদ লেপ্পী, নুংশিন মখুৎ তিংথোকই, লাও কৌই। তমুন নুংশুক নুংজান্নন হায় 'ঐদী নখোয় য়ুমদ লাকপ কিজৈ নখোয় ইমান নঙ কনাইদ চৎপ্রে হংগনী' 'নত্তে তমু মী অমত্ত লৈতব মফমদ ঐখোয় অনীত লৈনব য়ুম অমা ঐন শারে' হায়তুন শাংলব লম্বী অমদ তমুবু খুজেং পায়তুন তাকপিরগ য়ুম অমদ পুরক্লম্মী অতুগ 'নঙন হাল্লে ঐবু ঙাইরম্মু ঐন হাল্লে নঙবু ঙাইরমগে য়েংঙু হৌজিক্কী ঐস্থু পাখঙ ফারবনীন কনাবুস্থু কিবিদ্রে পুন্নমক থেংনব ঙম্লনী লাকও, লাকও ঐ য়ান্ন ৱারে কুইরে ঐখোয় অনী উন্নদব'।

তমু মীকপ হেক থোকপগ ফুক হৌগৎলী কোকচাওবী কায় কৌই হেন! থবাক্কী মিহুন কন্ন চোংঙি শ্বর চাওই, তৌফম খঙদে। তমুবী শিরগে নীংলম্বনী মহাক সংসার অসি হৈনদ্রে। মহাক্ক শিরগে নীংলম্বদী মহাকসি ইমুংসিন য়ান্ন থীন তৌবিরে পাঙ্গল ময়েং তারে নীংব থুংদে হায়তুন ভৌব নত্তে ইচম চম্ন এনছাং শেম্বদ পায়খিব হৈজ্রাং অতুন থিন্দুন শিরগে নীংজবতনী। মঙোন্দস্থ থম্মোইনুংদ নুংগী ৱাখল অমদি লৈরম্ব য়াই।

তমুন নোংমত লৈকাই কোয়দে মীগী ইমুংদ চৎলুদে অহল লমনগী মনাক ফমলুদে। মমান্নবী ময়ান্ন লিকোল শান্নসি হৌব লাকপদ নোংমত শেন্থাং খায়খিদে। মনেগী মচানুপী অহল মহাক্ক লেঙ্গা ওইবী মনিলৈমন লৈ নাচোম চিন্দুন মমান্নবশিংগ নোক খেন চৎখিবত্ত তমুন থোং মরুম্নদগী উহৌই। তমুগী সংসারদা অমনী মতুদী মাগী পুক্লিংদ চৎনিংব ফাওরকই ঙহাক য়েংতুন লৈ জ্ঞান তারকপদ চাকশঙলোমদ

কঁিন চেনশিনখি। পিক্লিবী নুপীমচা অসে ৱাখলগী পল খারবস্থ মীৎয়েংগী কারল লাক্লবস্থ ঈশিং নুংশিংন থেংনদ মাইথোং মচা চাওরকখি, নুংশান য়েংদ ৱাংবা মরেপ তানখি। মহৌশানদী তমুদস্থ মিচং মীখাই নাইবা উৎখিদে।

ইমুং মন্নুং অমদী অকোয়বদ উরিব অসিতমক তমুন খঙই লৈকাইদ করি তৌনবগে খুলদ করম্ন চৎনৈ, মমান্নবশিংন করি করি তৌনৈ, মীশিংন কয়াম হন্নুব ফাওব লৈবগে হায়ব ফাওব মহাক মুন্ন খঙদে। মান পিক্লিবৈদ মাগী মরুপক তুরেলগী তোর্ব্বান্দ, চীংখোঙদ চংখিব অতুনদী মাগী য়ুম অসি নত্তব অতোপ্প য়ুম কয়া উরিব উ অসি নত্তব উ কয়া লৈরী হায়বমখৈগী ৱাখলগী মথা থাবনী।

তমু ফমুং ময়ায়দ চপ য়ুংন ফমতুন লৈ মহাক য়াম্ন লাংতক্লৈ মতম কুইন উরুপ্রব নুংশিব মরুপকী মশক উজব ফংবদ হায়নিঙাই লৈতন নুংঙাই, নুংশি মচীন্দ শোল্লী 'হেন নঙবু কদায়দনো মহাক হৌজিক্ত চংখ্রী'। মনেন লময়ায়দগী লাওরকই 'হায় তমু হৌজিক ফাওব হৌগংত্রিবর লৌবুক চংলেকো'। মনেগী খোন তান্দ তমু ফুক হৌগংল্লী খল্লস্ব ৱাখল মাঙখি। তমুন হেনজুনহাবু কাউব স্থকঙম ঙমদে অতুগ নুমিং অসিদগীদী ময়োন অম চোংবগুম থম্মোইদ ৱাখল অম ফাওই হান্নগ মান্নদে।

তমু লৈতাদ্রে মরুপ্প লাপ্প মখুৎ অনী তিংথোক্তুন লৈরে। শুমাং মাঙ্গোন কোইচেন চেন্ন থবক লোইশিনজৈ মনাক্ত চংলগে খন্দুন অতুবু মনে অমদী ইমুংগী মীশিং উবদগীদী তমু মতু ইপোন পোন্থখি মনিংলোমদ চংখ্রে।

তমুন হেনবু মীকুপ খুদীংগী নীংশিংবদী নত্তে মহাক্কী কোক্ত হেনন কুইন লাকতবস্থ য়াওই। মনেগী মাঙদদী সংসার অসিদ করিগুম্ব অমত্তন তমুগী থম্মোইদ চংলক্লবগী পাঙ্গল লৈতে অতুগ মথন্ত লৈজব মতমদদী থবক ফন চীন্দুনস্থ কোল্লীক্কী নুংশিরব মখোল মরক্ত অচিনব ৱাখল মরক্তদী হেন চোংথোরকই।

সংসার অসিদ ঈশ্বরন তমুবু মমা মপা মচীন মনাও কনাঅমত্ত য়াওদন মথন্ততমক থারকই অত্থগ মখোয়গী নুংশিব অত্থবুস্থ পৈখৎতুন তমুদ চেন্থরকপ য়ৌন ঙমহনদে অত্থবু লম্মথাংদ উন্নখিব লৈরক্কী মচীদ খঙনখিব লম্বীগী মরুপ অমগী নুংশিববুদী মহাক্ল ( ঈশ্বর ) মঙোন্দগী লৌথোকপ ঙমখিদ্রে।

চৈরাক কনব মনেগী য়ুন অত্থ থাদোক্লব তমুন কন্ন হোৎনখি। মতম কয়া চঙন হোৎনজবত্থ মহৈদী য়ানখ্রে। চহী খরগী মতুংদ নোংম মহাক য়ুমত্থ থাদোকখ্রে!

মী

কুংন তাদব

কৈরোই লৈকাই পান্দব

মফম, য়ুমদোনপোক মচা অমা লৈ,

মতুদগী নুপী অমা থোরকলগ শুমাং মচী

ওইরপ্প থবক শুফম অমা লৈবতুদ চঙথ্রগ নুপীদু

মফম অতুদ লৈরম্ব ঋাচেৎশিং অদু শুব হৌরম্মী। ফন

কুইন শুরব মতুংদ মহাক তোকথ্রে মখুউদ মখদাং শৌরতুন তুমিন লৈথ্রে।

নুপী অসি হন্নুবী নত্তে অঙাং নত্তে মথোৎ কারকপগী লময়োন ফজরব হকচাংগী কয়াংশিংন লৈতেংলব চহী ১৫/১৬ কী লেংগানী। মফম মতম নাইদন হুম্ব মালংন মচোই মচোই হাইথরিব মশম অদু হায়গৎলুন তৌদন মহাক তুমিন্ন অতুমক লৈরম্মী। ওহাক লৈরগ তপ্প হৌগৎলক্তুন মফমদু থাদোক্তুন নাগেশ্বর হৌরিব মফম অদোম লোম্‌দ লাক্লগ মখোঙতুদ তপ্প কম্লরে। মখোঙ অনীদু অশংব নাপী মথক্ত থমতুন মনঙ্গন্ন উদ ঙাতুন লৈ। অপুংব নাগেশ্বর মনাশিংগী মরক মরক্ত লৈ শাৎলী লৈরাংখুদীংগী লৈনমবু মালংন লিরি হুমতুন মফম খুদীং য়েল্লী। নুপীদু অসিগুম্ব মালং অসিগী মরক্ত লৈরী। থংপ্রেক থংই, তুংওইনন য়েংথোকখিবদ অকংব মনা অমন লেংজুমদ তারকপ ওইরম্মী। নুপীদু খুদক্ত হৌগৎলগ অতোপ্প মফম অমদ অমুক লাকলে। হন্দক্তী মহাক উ মখোঙদ ফমদ্রে লৈন মরাং কায়ন হৌব মফমদ লাকলে। উরীস্থ হৌই লৈরাংশিংন উরীগী মথক্ত নন্ন শাৎকাই উরীন উজাওবু চেৎন য়েৎলী। নুপীদু ময়ামশিং

অসিগী মরক্ত লেপ্লগ লৈশিং অদু অমমমত ওইন য়েংলম্মী, মতুদগী নাপু মচুগী উরীতুগী মথক্ত মখুৎন তপ্ন তপ্ন নারম্মী। মহাক্কী খজাই অনীতু ঙাংতকনরম্মী।

কুচু ওৌব মরুংলিংব নুপা অমা মফম অসোমদ চঙলকই। নুপা অসিগী মশক অসি ঈংব, ফজব, লেম্ব পুন্নমক অসি শুন তিল্লী অসিগী মথক্ত নুপা ওইবগী খ্বাইদগী ফজরব মতম মীৎ লুমলকলব চহী ২৮ মক্কী মতা মাল্লী। নুপা অদু মফম অসিবু য়েংন য়েংন অস্নুম অস্নুম চঙশিনকলম্মী।

মফম অসি ইশোঙদী শোঙই হায়ববু তমথিব মফমদী ওইহন্দ। মখল খুদীংমক্কী উরী হৌই। উরীশিংগী মশক লীরে, মপোপ চাওরে, মপান শাৎলী হৌরিবতু কা হেন্ন মনীং তম্মী, নিঙাইদন শাৎকাই মতুমক্ত মফমতুবু নুংশিব অম ওইহনী। কেতুকীন থাং পায়বগুম মরুংলীংন শাৎকায়তুন মফম অসিবু ঙাক শেনবগুম নীংহল্লী, শিঙ্গারৈন মচোই মচোই তাবন অশেংব থম্মোইগী মমি তাহল্লী। লৈরাংলক্তগী খর হোংন লোনবী লৈশরক্তগীসু খর হন্তন য়েংনবা অঙাংব সনারৈ ( হাও সনারৈ ) ন চগুংনন শাৎতুন লৈতেংলিব মফমসি সর্গগী ফজরব শক্তম অতুমক য়োৎলসু মফম অসিসু অরা অনা চেন্দব অরাৎপ লৈতব মফম অমগুম্বনী হায়বগুম তৌরী। চঙলক্লীব নুপা অতু হেক উবদ লৈ মনাবু নান্দুন লৈরম্বী নুপীতু চেনথোরক্লগ তথক তথক নুপাতুগী মমাঙদ লেপলরে। ঙহাক মহাকপু য়েংতুন লৈ তপ্ন হায়রকই— হেন নহাক লাক্লবরা ?

নুপাতু খ্বাই লাওই ইঙক ঙক্ল মহাকপু য়েংতুন লৈ করিনো অমা হংগে তৌরিঙৈদা নুপীতুনা 'সোমদ চঙলকউ' হায়রগ মাং থাতুনা চৎখ্রে। নুপাতু খঙ্গান্নন লেপ্লী নুপীতুন হন্ন য়েংলক্লগ 'চঙলকউ করি তৌরবগে' থন্ন থন্ন য়ুমতুদ চঙলক্লে। রা অমা হংগে হোৎনরিঙৈদা হায়রকখি ফম্মু।

মাগী খোনফমতুদ ঙহাক খুদী থিরিঙৈদ মহাকসু চঙলকতুন মনাক অতুরাইদ ফমলরে হায়রকই "নহানমখৈ কদাইদ লৈরুবগে" ?

মুপাহু ঙক্ন মমিৎতু পৈরপ য়েংলকই মান মখা তারকই—অস্তক কুইবসি লাকত্রিবসিবু।

মুপাহুন মাগী মমায়হুদ য়েংহুন লৈবহু কয়াম কুইন য়েংখিবনো হায়ব খঙহোদে। মুপীহুন তপ্ন— য়েংঙু অসিদ লৈরে নঙগী চাক শরুক।

য়েংশিনখিবদ উষ্ট চাক চাকলুক অম ফি (ছানা) ন কুপ্পূন লৈরিবহু। ঙরাংদগী করিস্থ তারকত্রীব পুক্কী খোরাংবহু খুদক অসিদ খঙহেন তেল্লকপগুম তৌই মনাক্ত চঙহুন ফম্নীংঙি। মুপাহুন মমায়হু লৈশিল্লকলগ মহাকপু য়েংই, মতৌহু উবদ ঙকপন থেংলে লাইরা মীরা চীংনহুন য়েংবস্থ অখঙ অহৈব পুন্নমক শুরে। মহাক লাই নত্তে মীনী। মুপাহুগী মীৎ অনীহু মহাক্কী মশাদগী হেন্দোকউ হাযবা য়াদ্রে। তথক তথক্লব মহাক্কী মীৎনহাহুন য়েংলগ হংলকই— "হেনজু নহাক চাক লামদ্রিব্রা—"

মুপাহু হৌজিক ফাওব রা অমত্ত ঙাংদ্রী মুপীহুন খরদং চঙশিলকলগ মথহায় মুংঙাইতন—"তুমিন্ন লৈরিবসিবু কৈদৌরবগে, ঐঙোন্দা শাওরিব্রা ?"

মহু হায়রগ মহাক য়ায় মুংঙাইতন মমায়হু নোনথহুন লৈখ্রে। মুপাহুন খুম্নকই "শাওদে।"

অহুগ করিগী হা ঙাংদ্রিবনো।

করিস্থ তৌদে।

নঙ চাক লাম্নম্ননী ঐ থোংলুরগে।

মহাক চঙখিগে তৌই—

অসিদ লৈরিব অসিদী ?

অসিদী ঐনা চারনি ঙসাই অয়ুক থোংবনি চজিক ওল্লে।

চজিক্কী চাহৈদ্রব্রা ?

ঙহাক লৈরগ অমুক হংলকই—

মফম অসিদ ঐগুম্ন অতৈস্থ লাকপ্রা ?

মহাক হায়ফেৎ য়েংলগ "করিগী লাকউনী নঙদনী লাক্কদবদী," মপুং ওইনা অমুক লৈশিল্লক্লগ "অস্থুক কুইব মতম অসি চশা থোংত্বুন নংবু ঙাইরক্লগ ঙসি লাকপা নুমিত্ত চজিক চারগেরা" ?

নুপাত্বুগী মমিৎতু খঙহৌদন মঙোন্দ য়েংখৎখি অত্বুবু খুদক্ত অমুক হন্থরক্তুন তুমিন্ন লৈরে। মহাক চঙখ্রে।

মহাক কনানো ? করিগীদমক মফম অসিদ লৈরম্লবনো ? চহী কয়ানো অঙৈংব চাক চাত্বুন শকখঙদ্রীব ঐবু ঙাইরম্লীব—এন মফম অসিদ য়ৌরক্লমদ্রবদী। রাখলশিং অসিন নুপা অসিগী কোক্ত মথং মথং খল্লে ইরোয় লোইবদ মাবু ঐগী ওইশিবরনে, মশা ফাওব কাউথোক্তুন ময়াম অসিন জ্ঞান তাদন চনৈনত্বুন লৈরিঙৈদ খঙহৌদন হায়রকখি—

হেন চাক লোইরে চাররো।

রাখলন মঙলাক্লত্বুন লৈরিঙৈদ মহাক্কী খোঞ্জেন তাবদ খঙপ্রেক খঙই চঙক্লন য়েংখৎলী। মশাপুম্ব নুংশিনিঙাই ওইব মতৌ অমা ইরাই লাইন লোয়নরী। নুপাত্বুন মাগী মনাক্ত চঙলক্লগ থরায় চঙন "নঙবু কনানো" ?

নুপীত্বু তৌরম্ব থবক্তু লেপ্লগ মহাক্কী মমাংদ লেপ্লরে মহাকপু য়েংলরে মীয়েংত্বু নুংশিব মতৌনী ঙহাক্কী মতুংদ মাগী মীত্ত পি হৌরক্লম্মা খজাই অনীদ চেন্থরক্লে। নুপাত্বু মখা তাদ্রে তোক্লে হান্নগী চালুকতুগী মনাক্ত মনিল রা রা কারব চাকলুকতুগী মনাক্ত মহাকপু ফমহল্লে। নুপাত্বুন হংলকই—

নঙদী চাখিরোইদরা ?

হৌরম্মো।

চাকতু হুক্কে তৌদ করি খল্লুরবনো খঙদে তোক্তুন মঙোনলোমদ লৈশিল্লকতুন— অস্থুক কুইবসি চাক অইংব চাত্বুন লাল্লবনী ঙসিদগী অশাব চাব হৌরো তংখায় তংখায় শিন্নরগে— মান য়াই হায়বগী মওংদ মঙক নোম্লকই। চালুক অনীত্বু তংখায় তংখায় শিন্নরে। মখোয়

অনৗ চাক চায় নুপাহুন মহাকপু তত্তন য়েংই অতুগ মহাক্কী থোইন য়েংলকপ তৌদে।

নুপা অসিনা চাক তংখাই তংখাই শিন্নবদী মানা অশাব চারগ মহাক্ক অইংব চাবা ঙম্বগী থম্মোইতু নুপা অসিদ পান্দে মতুন ওন্নবনী অতুগ অতোপ্পা অমরোমদন নুপী অসিদদী মহাক্কী হেনদী থৌজাল্ল হৈবনী, নুংশিজবনী।

নুমিদাংনী। নুপাতু মহাক্ক পীব ফমুংতুদ মখোঙ য়াম্নতুন ফম্নী কাতু পিক্তক তৌই থোইদোকপ পোৎ লৈতে ফমুং অতুতমক থাই পোৎ মচা মশু খরগ। নুপাতুন ফমুংতুগী মচীদ ফম্ন ফম্ন খল্লী হেন হায়বন কনানো—ঐন কনা মহাক্ক কনা—জ্ঞান মাংই অচৌব শ্বর অম হোল্লগ ফুক হৌগৎলী। ঙহাক লময়ায়দ লেপ্তুন লৈ মীহুন অম ইতা তাদে, থোংনাও মচা অম থিংতুন লৈরিবতু তপ্প হাংদোকলুবদ থিংতুন থমলম্ব তিয়াঙ্গেগী ইংলব নুংশিংন মরাং কায়ন চঙশিল্লকই মতুদ নত্তন থাবল মঙালসু লিশিংলক্তুন হকচাংদ য়েরে। কাতু অঙ্গৈংব নুংশিংন শিনথুংলে মরকতুদ নুপাতু ককঙাওনতুন লৈবী। চঙশিল্লক্তুন নাকনগী থোংতু খজিক্তুং হায়দোক্লগ য়েংই মহাক তুমদরী চাকথুম কাগী থাংমৈ মঙালদ থবক শুরী। হঞ্জিলক্তুন ফমুং মচিদ অমুক ফমথৈ, রাখল খল্লী করি রাখলনোদী খঙদে লোইব নাইদে হৌরকফম খঙদে পলেপফম লৈতে। থা তাগ্রে মতু ফাওব নুপাতু চুবা মেৎতুন ফম্নী। তপ্প হৌগৎলগ থোংনাওতু থিংজিল্লে ঙহাক লেপতুন লৈ চঙশিল্লক্তুন নাকনগী থোংতু হান্নগুম খজিক্তুং অমুক হাংদোক্লগ মহাকপু য়েংই হান্নগ খেন্নৈ মুন্ন য়েংলে মহাক তুম্নমাল্লে ফমলম্ব ফি মথকতুদ হিপথরতুন মথুৎন মোন থাংতুন লৈরী। মহাক চান্নন তুম্নমাল্লে করিমত্ত নিংঙাইদব মওংনী থম্মোইদ করিনো অমা ফাওই। মতৌতু নীংঙমদে।

লাক্লি'ক

নুপা অসি

অতৈ কনাসু নত্তে

লমাবমগী নিংথেম্মী। মহাক

মফম মফমদ চৎতুন লল্লোন ইভিক

তৌবদ মফম অসিদ য়োরকখিবনী। নিংথেম

নুপী থিরব নুপানী নুংশিজন ৱাইথুংনজব মাগী নুপীন

মান হল্লকপ খোরাংন ঙায়হৌরী।

নিংথেম মোং হাদব চীংলেন্ব তৌবিমল খঙব শাওব হৈতব থোজাল হৈব মঁ নী। মহাক লোংখাক লোংন হীপ্পী। নোং ঙাললক্লমালে মঙালগ লোয়নন উচেকশিংগী নুংশিরবা মখোল চেক চেক তাব ফংলে অপীকপ মশক খঙদব উচেক খরদী শাইভিনগী অহোবদ পাইশিলক্লুন খোংলরী। নিংথেম হীপচবতনী তুমদে অহীংনোংসোইব তুম্ব যাদে, ৱাখলদ ইরাক্লৈ, মীরা লাইরা ফুমবংনৈ অতুবু মহাক লাইদী নত্তে হকচাংগী মি লৈবাক্ত তাই লেংথৈনবদ হকচাংগ হকচাংগ থেংনখি। উচেক্কী নুংশিরব শৈরোলশিংতুগী মরক্ত মহাক্ল হায়রকই— হেন নহাক হৌগৎত্রিব্রা?

নিংথেম হৌগংলে ফমুংদ মখোঙ য়াম্নহন ফম্লে। থোঙহ্ খজিক্তুং হায়দোরক্লগ—হৌজিক ফাওব হৌগৎত্রিরা য়াম্ন থেংলে হৌগৎলো।

নিংথেম মমিৎতু পৈরপ য়েংখৎলী মতু অঙকপ ফাওতু য়েংখৎখিরদী নত্তে মশক উৎত্রিঙৈদগী ৱা ঙাংব হৌরক্লবনী অতুবু য়েংব মিৎয়েং অতুদী অঙপগ লোয়নন য়েংব মাল্লী। নৌরিবী মহাক্ল অসুম্ন তৌবসি নুংঙাইব অম ওইহন্দে।

অয়ুক্কী লিক্লাদী কংগ্রব মতম: নুমিৎন তরং তরং কাখৎলকপ তাঞ্জা, থবক তৌরিবী মহাক্কী মমাংদ লেপ্লরগ হায়রকই ঐ "চৎলগে"—

মহাক চাখুম মমাংতুদ হৈ অমা মকু খোকতুন লৈরম্বনী, তৌরম্ব থবকতু লেপ্লগ ঈংন য়েংলকই, হায়রকই— কদাইদ ?

য়ুমদ।

মহাক্ল পায়রম্ব থাং অতু পায়ন পায়ন নিংথেমগী মাংদ লেপ্লরে মমিৎ অনীতু চপ তিংন নিংথেমদ য়ংই হায়রকই—কৈদৌবগী ?

মহাক্কী রাঙাংতু পাখৎপ, থকংপ অমদী নুংশাথিব করিগুম্ব অমত্ত লোয়নদে ঈংন তপ্প মেংলব খোন্দ অতুমক থোরকই। নিংথেমন মহাকপু থোইনখোইজংলুব তৌদে। ঙহাক লৈরগ নোনথরুরব মমিৎতু তপ্প য়েংখৎলক্লগ হৈ খোকপতু লোয়বতুন নিংথেমদ পী—সে।

ইকাই হঙ্গোইব করি অমত্ত য়াওব্রব ইচম চম্বী মহাক্কী মাইথোংড য়েংন য়েংন নিংথেম্ন হৈ অতুবু লৌরে। মহাক্ল হায়রকই—নহাকপু ঐস্বু মসিদ ঙাইয়ু হায়খিবদাইনে।

নিংথেম্ন মমিৎতু খজিক্কুং লাওথোকতুন করি নুমিৎ, কদাইদ ?

নোংম নুমিদাংতু নীংশিংব্রব্রা ?

করম্ব নুমিদাং—।

মহাক্ল মফমতুদগী হান্ন লৈরম্ব মফমতুদ চঙখিতুন হৈ অমগ খোল্লম্মী। মখোয় অনীগী মরক্ত অরনব রাচেংকী পরেং পরেংন খল্লী। ঙহাক তুনিন লৈরুরব মতুংদ মান—

ঐদী নঙস্বু নোংমত কাউদে, নঙ লাকপরা হায়তুন নুমিৎ খুদীংগী হৈনৌ মখোঙদ য়েংই অতুবু নঙদী শুক্লাক ল্যাক্কে। মখা তারকই ইনেন ঐবু ফুতুন চৎপিখ্রো শিজখ্রো চৈতুনত লৈ নোংম ঐন শিখ্রগে নীংব নুমিৎতুদ নঙ লাকতুন হায়খিবতুদী।

করি হায়খিব ?

নখোয় য়ুমদ চৎশি, ঐন কিজৈ হায়বদ নঙন অসিদ ঙাইরম্মু হায়খিব নত্রনে।

নুপী অসি খেব চীংবু কাখিবী চীংয়াগী লম্পাক্ত হুমাং তান চেনখিবী তুরেলগী ঈশিংন কয়ারক হন্ন চামথোগ্রবী তোর্ব্বান্দ লেপখিবী হেনজুনহাগ শান্নমিন্নখিবী তমুবী অহুনী। পলেম পম্বৌন কনাদস্থু শিন্নরম্ব তৌদন পিক্ল হুন্দোকপিরম্নবীনী। তমুবীগী মমাগ মপাগন তুংথ মাংথ লৈখিদরব মতুংদ তমুবু য়োকপিনব কনাস্থু লৈহৌদে মাগী মামা থোকপ শাগৈগী মতৈ মনাও অমন তঙাইফদন কাফৈ কাফৈ চৎলিবী নুপীমচা অসিবু পুশিন্দুন থম্বদী থম্বিখি। পিক্বী অসিবু মায়কৈ অমভদ খোইজংব তৌবিখিদে। মহাকপু ময়ুমদ পুশিনবিরকই হায়বতনী নাওকোনবীরকপ য়াওদন নাইতোম চাওজরকপী নুজানী।

লাক্লীব নুপাহু তমুগী মমাংদ লেপ্পী মহাকস্থু লেপ্পী। মহাক্ল নীংথেমগী মাংথোংবু য়েংই অহুগ নিংথেমস্থু মহাকপু য়েংই নিংথেমন অমুকস্থু হন্ন হায়রকই "চৎলগে।"

মহাক নিংথেমগী মাইথোংবু য়েংন য়েংন থম্মোই শোক্ল কপ্লকই। নিংথেম্ন মহুবু কুইন য়েংব ঙমলমদে লৈথোকতুন অতোপ্প নাকল অমরোমদ য়েংহুন লৈরম্মী। তমুন 'হেন নহাক চংখি,' হায়খিব লৈতে।

নিংথেম্ন ঙহাক ইমুংদ লৈরম্নগ মপান থোরক্লে। মহাক্ল থোরক্লগ য়ুমগী অকোয়বদ অনদী মনাক অহুব্রাইদ কোইচৎ চৎতুন লৈরম্মী। নিংথেম মপান থোকখিবদ মথুৎ পায়হুন চংখি খামলদে, মফম অহুব্রাইদ কোইচৎ চৎতুন লৈবহুস্থু চংখিবরা হায়ন তান্নরকতুন য়েংলবস্থু তৌদে তুমিন্ন মহাকস্থু ইমুংদ লেপহৌই।

মুংথিলনী। নিংথেম ফমুংদ লৈ। মফমসিদ থবক তৌনিংঙাই লৈতে করি তৌগদবনো খনফম খঙদন মুমিত্তী অস্থম হৌজিনখি। নিংথেমন মতম পুন্নমক্ত মহাক্কী ৱাখল খল্লী মহাক্ক থেংনরুরিবসি অঙকপ অমা ওইন থোকই। হৌজিকস্থ ফমুংদ হিপ্ন হিপ্ন মাগী ৱাখল খল্লী অত্থবু মথোৎ কারকপগী ফজব শক্তম পুন্নমক মিৎয়েংগী শক্তমদ চুশিল্লব খরনিগী মতুং অসিদ পোকপ ৱাখলগী চৈথেংগদী হান্নগ খেন্নবগুম তৌররী। মাগী ৱাখলন্নুংদ ঙহাক উইরোল তৌরুরমালে মমিৎ পাংথোরকপদা কাহ্ নীংথিন ৱাই তৈরম্লে মহুন কা অহ্ মপুংফান ইংহল্লে। ফুক হৌগৎলী মথং মথং চাকথোংফম কা তান্ন চংলকই। মহাক লৈরমদে মনিংথোং মচা অমা লৈবহ্ তপ্প হাংদোকই। কোয়েং য়েংই। মহাক্ লৈবা উদে মপানলোমদ থোরক্লে।

মহাক অত্থদী মাগী থবক শুফমদ থবক শুরল্লী। মফমহ্ তান্ন লাকতুন মনাক অহ্দ উ অচৌব অম ফৈন লৈরিবহুদ ঙারগ মহাকপু য়েংই মহাক্তী য়েংখোৎপ থোইন তৌদে নিংথেমন মফমহু তান্ন লাকপগী লম্বীদ হায়ফেং য়েংখিবগুমদী তৌই অত্থবু থবক্তু অত্থম তৌই। ঙহাক লৈরগ মমিৎতু য়েংখৎলকই খজিক্তং নোক্লগ হান্নগুম অমুক নোনথহুন থবক্তু শুথখি। নিংথেমন মহাকপু য়েংলী। কা হেন্ন কুচু ঙৌদে। অশং-অমান মরক অসিদ য়াওন্নন লৈবন কুচুহ্ হায়নিংঙাই লৈতনা নৌই ; নৌথ্রব কুচুহুগী ইংথ্রব মুংশিগ্রব মাইথোংহুন লোৎতুন থন্নম্ব য়া পরেংহ্ ঙসিত উরী। শিংথারুবন হেন্ন ইকাই খল্লুবন হেন্ন হঙ্গে,

থাংলন ফিডৌ ফৌরব অহীং অমগ থাবল থোকত্রব অহীং অমগা খেন্নবগুম চাং খেন্নরম্মী। মাইথোংতুগী খজাই অনীতু ঙাংতক ঙাংতক ঈ থাংন লৈ, চুবা তাব হায়নিংঙাই লৈতন ফজৈ পুম্নমক অসিগী মথক্ত মাগী মিংকী অঙৌব মচুতু কা সেন্ন মচু শেংই নীংথিজৈ মতুন মীৎনহা অনীতু থোইদোক্ল মঙাল লৈহল্লী। নিংথেমগী থম্মোইতু হান্নগুমদ্রে রাখল অমন ইহৌরকপগুম তপ্ন তপ্ন ফাওরক্লে হংলকই—নংগী মিংবু করি কৌবগে?

মহাক্ল অমুক হন্ন নোকতুন য়েংখৎলক্লগ— নঙন থোনখিতুদী নিংথেমন মমিৎতু চান্নন মঙোন্দ য়েংলগ ফাগি মানতক্ল— করি হুমিৎ?

নোংম নীংশিংজ্রব্রা?

নীংশিংদ্রে।

ঐন থোনখিব নঙগী মিংদী ঐদী কাওদরী;

করি মিং?

মহাক্ল নোকফেৎ তৌরগ হায়দোক্লোই ঐস্থু—

অতুবু নঙগীদি কাওরে।

মহাক তুমিন লৈখ্রে থবক মখা চত্থবস্থু তৌদ্রে ঙহাক লৈরগদী মমিত্তু মপি তরং তরং চেল্লক্লম্মী। হায়রকই, নঙদী ঐঙোন্দ ওইদব ঙাংই ঐবু ঙাইবদ রারেতমক হায় লাকপ কৌবদী লৈতে, মখা তারকই অস্থুক কুবসি ঐন ঙাইজরকপনী।

নিংথেম খঙই মতুদী মহাকসি করিগুম্ব রাখল অমনা পুন্নি মতু করিনো হায়তুদী ময়েক শেংজ্রে। মখা তানা হংগদবস্থু মীৎকী পি উৎদ ঙমদরে য়েৎক ওইগগী খুচেং অনীন তারকইব পি অতুবু তৈথোকই। নিংথেমন মনাক্ত চঙলকতুন লেপ্পরে হায়রকই-"করিগীনো অতুম্ন কপ্পীবদী"— মহাক চান্নন মথক্ষায় মুংঙাইত্রমালে পিতু লেপতন

তারক্লম্মী। নিংথেমন তপ্প চঙলকতুন চেম্বরকইব পিহু তৈথোক্লরে। মহাকপু মপুং ফান য়েংলতুন "মমাংগী মিং অতু ঐন অমুক কৌ দি তৌররোইকো।"

মহাক্ল তপ্পী তপ্পী করিগী— ?

নিংথেমন খোইরুম তৌরগ—ঐস্ন খুল্লরোই।

নিংথেমন মায়থোং মকা লাম্বসি হায়নিংঙাই লৈতনা নীংথিজে, অশংব অতিয়া মথক্ত নুনিংন তরং তরং ঙানথোইবংম লুমই। মপালদ মোনমোনতমক নোক্ল উর স্ন মনুংদ থম্মোইগী ঈথিলস্ন য়াওই অতুগীস্ন মথক্ত লনহাংদ লৈবন নুংশিংন মরাং কায়ন হৌবন লাইবক্ত শমশিং মচোই মচোই তারকই মতুন নুপা ওইবগী থিংব ঙমদব পুকচেলবু লোংতুনা থম্ব ঙমদব মাল্লকই উরুব মীন ঙাওনিংঙাই ওইগনী মতু তমু উই। হেন্দী মশক ফজব অফব মীনী তমুগী অশেংব মরূপী।

মহাক থবক শুব তোক্লে। মথোয় অনীমক মফম অতু থাদোক্তুন অতোপ্প মফম অমদা লাক্লে। মরক মরক্ত লেংগ লেংগ থেংনবগুম নক্লন লাকই। খর চৎলগ নুমিৎ খুদিংগী তমুন ঈশিং হেক হেক শোকপ পাংওই করিওই ঈপাক অমা লৈ, মতুগী মনাক্ত মথোয় অনী ফম্লরে। লমখুনু লাব-অমোমস্ন ঈপাক অসিদ চাক্তারম্মী ঙানু কাঙ কয়াস্ন ইরোইতুন লৈরম্মী। লমহেন কৌনী চেক্লান পুম্নমক অসিবু লঙনতুন অকোয়বদ কাতু কারল পাইতুন লৈরী। শজিন ঈশিং থকপ চেল্লকই, ঈশিং থব্রগ অমুক চেনখি উনালক্ত মুন লৈ, ময়াম অসিবু উংদ নিংথেমগী থম্মোইতু মপুং ফান লাঙহল্লে পুম্নমক অসিগী মথক্ত মনাক্তুদ মহাক ফম্লী। লিরি লিরি মালংদ মহাক্তী শম্লাংন লেঙবতুন অমুক্ত হেন্ন ৱাহল্লে। মরক মরক্ত ইনফি মচীন হকচাংদ থেংলকই। নিংথেমগী মমিৎতু নুংশিব অমদি অপাম্বন থুমহৎতুন মহাকপু য়েংই খঙহৌদন কৌরকই 'শকখঙদবী' মহাক ঙকতক য়েংলকই। নুমিৎ খুদীংগী উদুনত লৈরব নিতিগী লাকপ মফম অসিন মাবু থোইন অৱাব পীব ঙম্লমদে মহাক্তীদি অসিগুম্ব অসি হৌনশানী। নিংথেমন মহাক্তী মনাক্ত নক্ল

ফম্লরে অহুগ লাংতক্লন মাবু য়েংহুন লৈরে। তপ্প হায়রকই— য়্লমদ চংলশি।

নিংথেমন নক্ল লৈরবহুদ মহাকস্থ নিংথেম্ন য়েংই নোক্লহুন মহাক্কী চুবাদ তপ্প নাল্লগ হৌগৎলকই 'লাকও—'। ঙহাক লৈরগ 'ঐদি অমুক মফমসিদ লাকখিগদৌরিবনি'।

পায়শিলম্ব মখুৎতু অমুক্ক হেন্ন চেংন পায়শিল্লগ—কৈদৌবগী?

ঈশিং শোকপ।

মখোয় অনী লাক্লে।

মুমিদাংনি। চাক চারব মতুংনি মহাক নিতিগী মতৌগুম থাংমৈ মঙালদ থবক শুরী নিংথেমন তপ্প লাকতুন মমাংদ লেপ্পরে। মহাক য়েংখৎলকই মহৌশাগুম নোকফেৎ তৌরম্লগ নোনথখিহুন মখুৎতু লেপ্তুন শুথৈ। নিংথেমন ঙহাক লেপ্পগ মনিংথোংহু হাংদোক্লে মহুদ থাবল মঙাল চঙলক্তুন মঙোন্দ য়ৈরে। নিংথেমস্থ চঙলক্তুন মান ফম্লিব ফি মচিহুদ ফম্লরে অহুগ মমাইহু মহাক্কী লেংজুমদ থমহুদ ঙহাক লৈতন হায়গৎ হায়দ তৌরিব মখুৎ অহুবু অপনব পীহুন তোকহল্লে। থোংহু হাংদোকপদগী মখোয়ন ফম্লিব মফম অহুদগী থাজবু উব ফংই। নিংথেম্ন হায়রকই—য়েংঙু থাজসে ফজদ্রা—

উম মসিন ঐবু ঙাওহল্লে;

অহুবু ঐদি মসিন ঙাওহন্দ্রে কনানো অমন ঐবু ঙাওহল্লেনে;

কনা—

মহাক্ল হায়রকইবহু য়াম্ন চম্ন হায়রকই ৱাহংগী মতুংইন্ন হংজরকপনি থম্মোইদ অতোপ্প অমা হায়ব ৱাফম লৈতে। নিংথেমন— খঙদে। মখোয় অনি ঙাংনরিবহু লেংগ লেংগ থেংনৈ খজাই খজাই লেংগুননৈ, অইংবা মুংশিংন হকচাংদ য়ৈ। তপ্প, মুজা অহুগী পুল্লম্ব শমজি অহু মগস্ত থোকখিবরা খঙহৌদ্রে।

নিংথেমন মমিৎ পাংথোরকপদ নোং পুমঙাল ঙালম্লে। মহাক লৈরমদ্রে করম্ব মতমদ কায়নখিব মফম খঙহৌদ্রে, কোয়য়েং য়েংই লৈব উদে, হৌগৎতুন হাংদোক্লুনা লৈরব নাকনগী থোংহূদ য়েংই করিগুম্ব মখোল অমত্ত তাব ফংদে। থোংনাও মচাহূদ য়েংই, কুংন হৌরব উপাল রাপালুশিংদগী নুমিৎকী মঙালুন মরিক মরিক লিৎশিলক্কুন লীক্লান চোৎলব নাপীশিংগী মথক্ত ইরং লংন ফুথরী। মপান্দসু মহাক লৈতে হঞ্জিলক্কুন ফম্মুংদ ফম্মী।

মহাক্তি, অঙনবদ ইমুংগী থবক ইনখাং লোয়শিলহ্লগ হৈ-লৈ থিব চৎলুবনি। লীক্লান চোৎলব নাপীশিংগী মথক্ত মহাক্ল নেং নেংতুন লাকই। ইমুংদ চঙলক্লগ হায়রকই— হৌজিক ফাওব তুম্লিব্রা? নিংথেমসু মহাক লাকপ উই মুন্ন য়েংহুন লৈ ফম্মুংদগী মখুৎ তিংথোরক্কুন মহাকপু চীংশিন্দুন মনাক্ত ফমহল্লি অহুগ মখুৎ অনীন মশাপুম্ব মপুংফান কোল্লম্মী।

অহীং নোংসোইব অইংব লীক্লাগ লোয়নহুন লৈরম্ব মালংদ অহাম্ব খোঙদা তম্লুবী অহুগীসু মথক্ত উনা-রানাদ পক্লম্ব লিক্লান মহাকী হকচাংদ পক্লকপী, শিঙ্গারৈ মরক্ত লৈরুবন হকচাংগী তুখোংদ লৈরাংগী লৈনম চেল্লিবী, ফমুংদ লৈরম্ব ফোং ফোং শারব হকচাং অহুগ থেংনবদ অইংব অমা ফাওরবসু নিংথেমন মহুবু করি অমত নিংহন্নদ্রে।

(৬)

ন্নুমিৎ

খরনিগী মতুংদ

নোংম মহাক চাক

চারব মতুংদ মফি মরোল

শেৎতুন কনাইদনো চৎকন্দবগী

হোৎনরম্মী। নিংথেম্ন হংই— কদাইদ

চৎকদৌরিবনো ?

কৈথেলদনী।

কৈদৌবা ?

পোলাংশিং অসি থাদোকলুগে।

করম্ব মতমদ হল্লক্কনী ?

কুইরোই ন্নুংথিলদ অতুমক হল্লক্কনী।

মখা তানিংঙাই থোইন লৈতে, সর সর লোয়শিনখি 'চৎলুখিগে' হায়রম্লগ মহাক চৎখ্রে। নিংথেমসু খলহৌই মসি মাগী হান্নগী থৌওং ওইরমালে।

অসুম্ন তরানী মরক থামখাই মরক্ত মহাক হেক হেক কৈথেল চৎলী। নোংমদি নিংথেমসু মান মফি শেৎপদু য়েংলগ— ঙসিদী ঐসু লাক্কেদন—

মহাক্ন লাকউসু হায়দে লাক্কনুসু হায়দে নোকমি নোকমি মাইথোংদু মকা লাম্ন য়েংলকই।

খুঙ্গংগী পিক্তক তৌব কৈথেল অমনী য়ৌখিবগ মান শাব পোলাংশিংদু পংলৌদ লৌনখি। মাসু পংথাদ থাদোকই ইহোং হোংন। অয়াম্বন শেল ওইন পীরম্মী অদুগ খরনদী ফি, চান্নব পোৎ ওইন পীরম্বসু

য়াওই। ঐখোয়স্থ লৈগদব পোৎ খর লৈরগ হলক্লে। ঐন নোংমক মতেং পাংব তৌদন য়েংবতদ খঙহৌদন চষী অমা হৌজিনখি। নোংমদি ঐন হায়— ঙসিদী নঙ লৈহোরো ঐ ইথস্ত থাক্নরগে। মহাক অতুমক লৈহৌই।

পোলাংশিং অহু পুতুন লাকপহু কৈথেলগী মী তিনখৎলকপ হৌরে। পোলাংশিং অহু মাংদ থাতুন য়োল্লে অতুবু নিংথেমগী মমাংদ লৈরিব পোলাংশিংহু মী অমত্তন লৈরদ্রে হংলবস্থ তৌরদ্রে। কৈথেলগী মী তিনখৎলক্লব ফাওবদ মী অমত্তন লৌরদ্রে পোলাংশিংহু করি অশোয়ব য়াওরবগে হায়তুন পায়তুন য়েংই অকাইব করিস্থ য়াওদে, কৈথেলগী মী অমত্ত লৈত্রে। ঙসিদী নঙগী পোলাংশিংসে পোৎশিৎ ফত্তে চৈরুগে খন্ন ঙসাই মান লাকপ মওং অতুদ ময়েং অমত্ত তাদন কোকথোং পুতুন হলক্লে। মফমহু য়োগদব খর ৱাৎলিঙৈদ মহাক থেংনরে। নিংথেমদি মহাকপু উবদ শ্বাই লাওরুরে, মমলি মমলি তৌরে মশক খঙদ্রে অতুবু মাগী খোঞ্জেল তাবদ নুংশা থিরম্বহু কোক্লে মহাক্ল হায়রকখি— শিৎত্রব্রা ?

অমফাওব শিত্রে নঙগীসি পামজমালে মহাক তুমিন লৈ। ঐন হংই,

নঙবু কদাইদনো ?

নঙ ওকপ লাকপনী।

অমম্বসিদ কিদ্রব্রা ?

কনাবু কিগদৌরিবনো ?

লম্বীদ লাক্ল লাক্ল ৱারী শাই।

নিংথেমন— নথরাই নুংঙাইত্রব্রা ?

করিগী ?

পোৎ শিত্তবগী।

ঐ হয়েং য়োল্লুগে।

হয়েংদী শিৎকদরা ?

শিৎকনী।

মথংগী নুমিত্ত মহাক করিসু নুংশাথিব য়াওদন চংখি হান্নগুম সন্ধ্যা মমাংদ মশা ঙাক্ত হল্লকই।

নোংমন মথন্ত চংলী ইথন্ত লৈহৌই, নোংমন ইথন্ত চংলী মথন্ত লৈহৌই অতুগ নোংম কয়ান ঐখোয় অনী পুন্ন চংমিন্নে পুন্ন হল্লকমিন্নে। মতুংদগীদী মহাক্ক লোয়নন চংপদগী কৈথেলগী মীশিংসু খর খর খঙনরক্লে।

মফম অসি ময়ামদগী পংখেন খেন্নবদী নত্তে ইতোপ তোপ্প মফম অমা ওইবসু নত্তে পুন্নমক্ক চংনরিবত্থু মফম অসিদসু লৈ। থা থোকই, নুমিৎ থোকই, থরান্মিচাক উব ফংই, অপোম অশাৎ লৈরাং শুন তিল্লী, মফম অসিদসু মায়থিব মায়পাকপগী খেন্নব লৈ। নুংঙাইব, নুংশাথিব, খোৌরাংব পুন্নমক রাত্তে অত্থুবু কনা অমা খঙহন্দন ঐঙোন্দদী করিনো অমা লৈরী মফম অসি অতোপ্প সংসার অমগুম নীংলি।

চাকচা তোক্লব মতুং ঙহাক্লী, মহাক্ক পোলাংশিংত্থু মথং মথং লোয়শিল্লত্থুন পুব নুংঙাইনব শেল্লী নিথেমন মখুৎ অনীন লুখমদ পুল্লগ হীপতুন মহাকপু য়েংই। মরক মরক্ত মহাকসু য়েংলকই।

মহাক্ক— তরানিথোইনিকো।

নিংথেমসু মহাকপু য়েংন য়েংন— উম। হায়রকই অসিদ অমুক্ত লাওব, মহাক্ক পোলাংশিংত্থু লোয়শিন্ন পুমলোই লোয়রগ নিংথেমগী মনাক্ত ফয়রে। মনুংলোমদ খর চঙশিল্লগ মাগী ফমফম পীরগ লোংলম্বদগী চেপথরক্কুন মঙোনলোমদ খর লৈশিল্লী হায় নহানমুক্কী অত্থুম্ন অমত্ত শিৎলকত্রবদী করম তৌমী।

অত্থু ওইরবদী শুকচৎ চৎহল্লরোই।

শিৎলক্লবদী?

শিৎলক্লবদী ফরে।

মখোয় অনী হারাওশানরিবত্থু নিংথেমগী মখুৎন তপ্প তপ্প পায়রবদগী মহাক্কী শমজিত্থু থোকলে নগন্দ ইচাই চাইন তারে। নিংথেমন শমশিংত্থবু হম্ব লৈতন মখুৎন খর পায়রগ মমাংলোমদ পুথরকলম্মী অত্থুগ

নান্দুন লৈরে। ওরাং থেৎখিব লৈহ্ হৌজিক ফাওব য়াওরম্মী। মাগী শম মরক্ত লৈমন চনববু চনজসন্থ খন্দুন লৈহ্ লোথোকত্রে, মান শমজি পুনবদ অমুক হন্ন মন্নং চনশিনখ্রে।

ওসিদী নিংথেম মতোমত চৎকনী হায়হ্ন শেম শারী মহাকস্থ নিংথেমগী মনাক্ত লেপতুন মান তৌরিবহ্ন য়েংই। নিতিগী মতৌগুম মাইথোং মকা লাম্মী মুংশিব মাইথোংতুন হায়রকই— কুইরক্নুকো।

মশাপুম্ব নিতিগী ল্োয়নহ্নত লৈরিবহ্ন কল্লকপন হেজিল্লকই, হজিন হজিন মিৎচানহ্ন লৈরিব মিৎ অনীহ্ন য়েংনিংবন ঙাইওমদে, তানিংব মখোলন মতম ককতন তারিবহ্ন পেন্দবত হেল্লকই। পিক্লব জীব অমা নোইহৎপগুম মশা পুম্ব পায়শিন্নীংই, নাকোং অসি মাগী খোঞ্জেলন কায়হন্নীংই, প্মমক অসিন ওমচাক্লরব তমুগী হেনহ্ন তপ্ন চঙলকতুন মমাংদ লেপ্লরে। তথক তথক্লব মিৎনহা মরিহ্ন তপ্ন পুল্লরে। নিংথেমগী মখুৎতু তপ্ন থাঙ্গৎলকই অহ্নবু মখুৎতু মঙোন্দ শোকত্রে, তশেংনমক নিংথেমন মহাকপু অস্থক্কী মতিক চেকশিন্ন লোয়নৈ, মুংশি খল্লী খ্বাইদগী পাম্মুব পোৎ অমা হায়বহ্ন মহাক ওইরম্ব য়াই অসিগুম্ব হেনগী মুংশিবগী ঈপাক অসিদ তমুন পুন্সি পুই।

নিংথেমন পোলাংশিংহ্ন মমাং থাহ্নন য়োল্লী। ওসিদী মহাক মথৱায় হায়ফেৎ মুংঙাইবগুম তৌই, মমাংঙৈগুম তৌদে ওসিদী পোশিং ফৈ। পোলাং অহুমদ ঙাইরে অহ্ন লোয়রগ চৎলনী মঙোন্দ পাও তম্লুগনী খনবদ হিরী কোল্লী।

কৈথেলগী মী চোন্ন তিল্লব মতমহ্নদ খঙহৌদন মুপা অমনা খঙকো কৌরকখি 'ইবুংঙো, নিংথেম! নিংথেম নত্রা। য়েংথোকখিবদ মখোয় লৈকাইগী খুরা তোমচা ওইরম্মী। চেনশিল্লক্তুন মরেংবান্দ পায়রগ 'করিনো অস্থক কুইবসি কদাইদ লৈরুই, লাকও য়্মদ চৎলসি।'

খুরা—

ইমাগ পাজিগন নঙবু থিবদ য়াংক খরক খরক কংলে মী খরনদী নঙবু শিরম্লগনী ফাওব হায়নরবনী। মখা তারকই তম্পাক্লৈমগী মতৌ

য়েংহেন্ত্রে অঙাওবীগ চপ মান্নরে। নিংথেম তোমচান হায়রকইবশিং অদু য়াম্ন মুন্ন তাব নত্তে অদুবু মমা মপা ইমুংগী মীশিং পল্লকপদদী হকচাংদ তুজুংব ফাওই অমম্মত ওইন নীংশিংলকই, কুইন কায়নরক্লব পীকহৌরিব মচানুপাবু নীংশিংলকই। তোমচান খিত্তং ঙাংব হৌরকপদ লোয়ন ভাব তাই, পুন্নমক খঙই। তোমচান পুক্নীং চঙন হংলকই— নঙবো নহানমখৈ কদাইদ লৈরিবনো মফম অসিদন করম্ন লৈরম্নীবনো, অসিদ লৈরব্রা ?

লৈতে।

নিংথেমগী রাতাদু ওইনবস্থু নঙন তোমচান ওইনগুম শাওবগুম খল্লুরমাল্লে হায়রকই— নঙবো নচাক অমত্ত নুংশিদ্রব্রা ?

নিংথেম হায়রিবদু তান তান থা অনীমখাইত ঙাইহৌরিব মচানুপাবু হান্ন নীংশিংলম্নবনী মমিৎত উরকই—অঙাংদু ফন চাওরম্নগনী মমা, মপা, তম্পাক্লেম মথং মথং মাগী কোক্ত লাক্লে। ময়াম অদুবু নীংশিংবগ লোয়নন মমিৎতু লৈমায়দ য়েংদুন লৈরে। তোমচান ঐ নুমিৎ ৪/৫ নিরোমদী মসিদ লৈগে খনবনী অদুবু লৈররোই নঙগ লোয়নন চৎমিন্নথ্রসি, লাকও ঐখোয় অনী চৎথ্রসি। নিংথেম্ন নোনথরম্ব মমিৎতু তোমচাদ য়েংলগ— নত্তে খুরা ঐ তৌগদব থবক লৈরী, মখোয়দ তস্বীয়ু ঐ শিদ্রী য়ুমদ লাক্লনী হায়ন।

তোমচা— নত্তে ইবুংঙো ঙসিমক খুরাগ চৎথ্রসি লৈহৌরন্নু নঙন য়ুমদুদ চঙখিবদ ওইগদব ফিবমদো খুরা খনবা ঙমদ্রে।

খুরা ঐ ঙসিদী লাক্লরোই।

নিংথেমন হায়বা লোইফাৎত্রিঙৈদ তোমচান নঙবু সিদ করি তৌরিবগে ?

করিস্থু তৌদে।

নিংথেমগী মমাংদ লৈরীব পোলাংশিংদু তোমচানা হৌজিক্কু উরক্নী হংলকই, মসিবু নঙন শাব্রা ?

উম, নত্তে খুরা।

তোমচান নিংথেম্মু য়েংহুন লৈরে তপথয়হুন— করি হুমিং লাক্কদৌরিবনো ?

নোংম, নোংম হেক্ক লাক্কে কুইররোই ।

তোমচান— ফরে নঙগী পোলাংশিং অসে অমা পুৱগে মসিন শাক্কি ওইহুন ঐ তমলুরগে, নঙগ অম্মু থেংনগনী হায়বদী খুরাদী মঙগুম্ম থোকলে । পোলাং অমা পায়গে তৌই ।

পুবিখিম্মু খুরা মসি য়াওদ্রবম্মু মখোয়ন থাজগনী, খুরান হায়ববু মখোয়ন থাজদে হায়রা ।

রারী শানরিঙৈদ পোলাংশিং লোয়ন শিংখ্রে । নিংথেম চৎপ য়ারে অহুবু চৎপ য়াদ্রে তোমচান মাগী লৈফম খঙখিগনী হায়হুন শঙহুন লৈরে । ঙসি মাগী লৈফম খঙখিগে হায়বদ নিংথেম্ন করিসু খুম্ব ঙমদে অহুগ মখুরাবু মাগী লৈফম তান্ন পুবসু পামদে । নিংথেম তশেংনমক চৈনা ফংলব মী হায়বহু ওইরে । য়ুমগী অপুনব নুংশিবসু অঙম্ব চীংমায়দগী চেম্বুরকপ ইচেলগুম লেপ্প লৈতন রাখলগী ঈপাক্ত তিল্লরী অহুগা মীকুপ খরগী মমাংদ মঙোন্দ তমগে খন্ন শাগৎলম্ব রাখল কয়া তপ্প তপ্প মমি শামথ্রবসু মহাক্কী মনাক্ত অমুক্তুংদী য়োনিংলি তাকলমদন তুমিন্ন চৎখিবদী খনব ঙমদে ।

তোমচা নিংথেমগী মনাক্ত লৈরী মহাকপু ঙাইহরি নিংথেম তোমচাবু য়েংহুন— খুরা ঐ মনাক অসিদগী পোৎ অমত্ত লৌজরুখিগে খুরা অসিদ লৈবিরম্মু হায়রগ মহাক মফমহু থাদোকখ্রে। নুমিৎতু কায়নরে ।

থোংজিন কানশিনখিবদ থাংমৈ মঙালদ মহাক ফম্লম্মী । নিংথেম লাকপাউবদ হোগৎলক্লগ হংলকই— করিগীনো অম্মুক থেংলক্লিবদী ?

পোৎ শিত্তব ।

মতুংদগীদী নঙ চৎলমু ঐ চৎলগেকো ।

উম ঐ শুকচৎ চৎলরোই নঙ চৎলো ।

নিংথেম ফমুংদ হীপ্পী তুমদে উপ্রাক্ক উপ্পী, চুবান মোন্দ থম্মী মেন তাদে ফুম্বুনৈ ৱাখলন লাহৎলী, ঙহাক লৈরগ মহাক লাকতুন ফমুংতু শেমজিন শাজিল্লে হংলকই তুমলবরা— করিস্তু খুমদে। ঙহাক লৈরগ মহাকস্থ হীপথরকই। নিংথেম অহীংনোংশোইব মীৎ কল্লা অমত্ত উইশিনব ঙমখিদে। থা তরানিথোইরোম অসি য়ুম্বু কাওথোকপদী নত্তে মৱক মৱক্ক নীংশিংলকই অতুবু নোথ্রবী নুপীমচা অসিগী থোংথ্রব থম্মোইন নহানমখৈ নমহৎতুন থমলম্বনী।

নিংথেম হীপ্পী ৱাখলন হেনমনখিবন কয়া য়াম্ন থেংথ্রবগে খঙদে। মহাক্ক চঙলক্লগ ঙক্ক— কৈদোৱবগে নশা ঙমদ্রবরা ?
নিংথেম মমীৎতু য়েংলকপ তৌদন— ঐ য়াম্ন ৱারে।

করিগী—

হংলিবতু খুমদন— ঐ চৎলগে।

কদাইদা ?

য়ুমদ।

কৈদোব।

ৱাফম অসিমক তাবদ নিংথেম খঙয়েং য়েংথোরকই মপুকীংদ ফাওই ঐদী নুপী থিরব ইচা লৈরব মীনী অতুবু মতু মপালথোক্লদী উৎখিদ্রে, অচৌব শ্বর অমা হোল্লগ তপ্ন— ঐ য়ুম য়াম্ন নুংশিরক্লে। মহাকস্থ নুংশিরব খোম্হোকত মমিৎতু য়েংলগ ঐদী য়ুম লৈতবনীন নুংশিব খঙদ্রে।

ইচম চমন খুমলকপ মহাক্কী পাওখুম অতুন নিংথেমগী থম্মোইদ চঙতুন পাল্লে অতুগ মতুন য়ুমগী নুংশিববুদী কাওথোকহনবস্থ ঙমদ্রী।

নুমিৎ খুদীংগী মখোয়ন ঈশিং হেক হেক শোকপ মফম, জিব কয়াগীদ নত্তন মখোয় অনীগীস্থ পোথানফম ওইব মফমতু নত্তব, লৈন মৱাং কায়ন হৌরিব নুংওন্নরিব মফমতুস্থ নত্তব, পীক্লব ইমুংগী চীক্লব কান্নুংদ হৱাও মথোই কানিংঙাইহতুস্থ নত্তব, চাওন হৌরব পাম্বী অমগী অকংব মনাতন ফমবাক ওইব মখোঙতুদ নিংথেম ওমচাক্লন ফল্লী।

'ঐন চংখ্রগ মহাক্ল করম লৈহৌগদৌরিব, মহাক্তী মশাদ নত্তন পুন্সি ফাওব ঐঙোন্দ থম্লী। মাদী ঐবু খনজৈ চহী অমা লৈমিনরকপসিদ খঙই মহাক্তী ঐঙোন্দ ঙাওরে ঐগীদমক নারকসিদ লৈরী, মহাকপু করম্ন থাদোকলমগবা—।' অমুক মহাকপু পুত্থন চংলবদী—চহী মঙা চুপ্প নুংশিনরকপী ফৌ চরোং চীন্দুন শনরিক মচুম থকতুন নুংশিনন রাইথুংনজবী নুজা মাগী মকাদ করম্ন মায় অসে উৎলুগব। নিংথেম শ্বর ফুল্লে 'রাশক কায়বগী চৈনা ফংফম থোকপ দণ্ডী, মপোক অসিমগীদী চেল্লরোই ঐগী রাশক্তী কায়রবস্থ নুজা মাগী (তমপাকলৈম) রাশক্তী কায়হল্লরোই নুজা মকাদ অয়েংপদী ওইথ্ররোই' পুন্নমক অসি খন্দুন নিংথেম হলক্রে ফজব শক্তম চীংলেম্ব শাবাস্ত ঙাইরে রাখলগী লমদদী মমি শায়ে।

থোং কানশিনখিবদ মহাক লৈরম্মী। নিংথেমগী মনাক্ত লেপ্পরগ হংলকই— কদাইদ চংলুরিবনো? খুমদে, মমায়হু হায়ফেৎতমক য়েংই ফমুংদ ফমথরে।

নিংথেম মফমসি থাদোক্লগে খল্লে অত্থবু পাক হেক থাদোকপদী ঙমদ্রে ঙসি হয়েং তৌতুন লৈরে। নুমিৎ খুদিংগী মঙোন্দা হায় 'চৎখ্রগে' মহু তাবদ মহাক নুংঙাইবস্থ তৌদে নুংঙাইতবস্থ তৌদে, চৎখিনুস্থ হায়দে চৎলোস্থ হায়দে তুমিন্ন নোনথহুন লৈ। করিগুম্বদ 'ঐদী য়ুম লৈতবনীন নুংশিব খঙদ্রে, নঙবু ঐ মসিদ ঙায়রম্মু হায়খিবদাইনে।

ঙসি নিনি হুম্নিসি মহাক মথৱায় ইনুং মুংঙাইতে নিংথেমগী মুংশুক মুংজানব হৈনিংদব পুন্নমক অসি উবদ খঞ্জে করি তৌরবনো।'

ঙসিদা নিংথেম চৎলগে চপয়ুংন খল্লে। চাক চানিন্নরগ চৎলমদাইদ মহাক্ল হংলকই,

করি নুমিৎ লাক্কনী—

ঐ লাক্লরোই।

ওইদব ঙাংগনু।

নিংথেমন তপ্প— অওইবনী ঐন হায়রিবসে।

নোংম নঙ লাকখিবত্নদী—

অদুবু মতুংদদী ঐ লাক্লরোই হায়রিবসিনী।

থাজদে।

থাজৌ, ঐন চৎথ্রগ মফম অসিদ অমুক লাকপ হ'য়বসে ওইথোক্কবনী। মহাক। তুমিন লৈ নিংথেমন মথা তারকই চৎলমদাইসিদ রা অমত্তংদী হায়রমগে, য়াগদরা ?

করিনো ?

নঙন ঐগী চাক শরুক হাপ্পদো হুরেনদগীদী হাপ্পনুকো ;

করি হ্নমিৎতগী হাপ্পুগে ?

হ্নমিৎতু ঐ হায়ব ঙমদে।

হ্নমিৎতু খঙদন ঐন করম্ন নঙগী শরুক হাপলোইদৌরিবনো ? মখোয় অনী ঙাংনরীবত্ন মহাক্তী নিংথেমদ য়েংই, নিতীগী মতৌঙম ইংলব মেংলব খোন্দু কায়দে অদুবু নিংথেমদী মরক মরক্ত খোনফম কায়, ঙসিগী মহাক্কী মমায় য়েংব ঙমদে, নীংঙমদবন হেনজিল্লকই ফক্লাংলোমদ লৈথোক্লগ নীংঙমদন—ঐন নঙবু অস্নক তমথিরব ফাওবদ নঙন ঐবু খজিক্ত ফাওব তমথিদ্রীব করিগীনো ? মহাক তুমিন্ন নিংথেমবু য়েংত্নন অম্নমক লৈরম্মী। নিংথেমন মথা তাথরকই ফরে চহী ১০০ গী মতুংদ ঐ লাক্কে।

মান হ্নংশিন— হেন ঐঙোন্দ নমথাক্তী তৌবিগদকো।

নিংথেম মমিৎত মপি হৌরক্নে মশাত্ন হ্নমাং মরিক মরিক কারে হায়খ্রিব রাত্ন নমথাক ওইদবদী য়াই চহী ১০০ গী মতুংদ মহাক লাকপ য়াই অদুবু রাফম অত্তদী নমত্নন হায়জিনখিবনী। ঐ লাললে চহী ১০০গী মতুংদ ঐ লৈররোই মফমসিদ অমুক লাকলরোই।

মহাক্ল তপ্প লাকখিবত্নদী—

নিংথেমগী মঙম শামলব হকচাং অত্নন লৈশিলক্লগ— শকথঙদবী নঙন ঐবু নুংশি হৈতব তাহল্লে। অরোইব ওইন— ঐ হল্লক্লরোইনে।

অদুবু মানদী রাগী উখোংত্ন ঙাবোই কোনবোই হায়হৌই— ঐনদী ঙাইথিগনী—।

অহীং

অনী লেন্দুন

শাংখ্রব লম্বীদ নিংথেমন

লাকপত্নু চুম্নগী রাখল পরিংদ

লাক্কে। অরাব অমম্মুং ন্নুংঙাইব অনী

অসিংগী খল চপ মান্নন লৈরগ ময়ায় অসিদ মশান

লেপ্লগ মালংগী শম্ভমদ নাকল অনীগী অরাং অনেমদ মীকুপ

অমা কপ মীকুপ অমা নোক তৌত্নুন ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লে।

অদুগা—

হুন্দোকপীরম্লবী তমুগী থম্মোইন্নুংগী মৈচাক, ন্নুংশিবগী চাং, ঙাওজব রাখল, ঐখোয়ন খঙব ওম্মুদ্রবস্থ নিতিগী মতৌ উত্নুন লৈনরব অরা ন্নুংঙাই লোইনরব, ন্নুমিৎখুদিংগী তমুন মচিঞ্জাক হুঞ্জব অকোইবগী চেক্লা মখোয়নদা তমুগী থম্মোইন্নুংগী মৈচাক ফাওই, ন্নুংশিব রাখল ফংই তমুগী অরাংদ শরুক য়াই। নোঙ্গৌবী কৌবী চেল্লান চহী চুপ্প কুমগী নোংবু ঙাইজরকপ, খিক্লবদ নোংলেন ইরিক, মগুংলাংগী রাখিবন উব ঙম্খিদ্রে। অতিয়াদ থাজন ঙানথোইরকপ নোংইন পাইথোরকখিদ্রে, হঞ্জিন হঞ্জিন মহুমম্নুংদ য়াওন্দুন খাংলে, ঈয়ায়গী থম্বালস্থ মকা হল্লে।

তুরেলগী ঈচেলন তান্নরক্তুন নিংথেমগী মখোঙ কোল্লত্নুন চৎখিনু খাৎম্লে, লিরিব মালংন তোয়ন তোয়ন হল্লো হায়না মায়োক্লনা থেংজিল্লে মসিদগী হেন্দোক্তুন নোংমদোন্দ থোক্লিব কোরৌন ফাওব তমুগীদমক খল্লুবদ নোংচুপ চীংয়াদ হায়থখিত্নুন মঙাল লোৎশিন্দুন মাগী লম্বীবু মমহল্লী। অদুবু পুম্নমক অসিবু করিস্থ নাচুংখিদ্রে, থৌজাল হৈব নিংথেমন। মহাক তু-খোং কয়া লাম্ভোরকলে।

সোমদদী তমুন তোয়ন লুক্সব চিংহিগী নুংশিব মনম্ন্ ফাবদ নত্তন মচা তারব শম্লাংবুস্থ চেলপ পুনশিঞ্জে। ইমুংগী থবক ইনখাং তৌই লেপ্পনৈলেতে অতুবু কাহু ইহাং হাংহল্লী, মায়থোং মকা লামহন্দে নীংশিংবত ওইহল্লী। মাঙ্গোন উখোংতেন্দ ঙাহুন অহাং নুংথিল খেন্নদন ঙাইজরকই থম্মোয়দুংদ খোইদাজব হেনবু।

নিংথেমন ময়ুম চঙখিবদ মমাগ মপাগন মাবু কোন্দুন কপচৈ মচান্নুপান ভুরিদ করিস্থ খঙদন শান্নরী অতুগ মাগী নুপী তম্পাকলৈমন ইমুংদ চিন্তা মায়োক্লরী। মহাক লাকলে তাবদ অরাবগী পি তৈথোক্কুন নুংঙাইবগী পি শিন্থরে। লৈকাইগী মী অম অনীস্থ নিংথেম লাকলে তাবদ লাক্লব য়াওই। খুরা তোমচাস্থ চেলঞ্জে, মমাগ মপাগন রা চুম্বগী যুরিং যেজোম হোংগনী হায়খ্রে। খুরা তোমচান নোকলহুন ফুরিংতুদী তোকপিরো নহান পিব চিঠিহু হৌজিক ফাওব পিজদ্রী :স ইবুংঙো হায়হুন নিংথেমদ পিরে। ময়ামস্থ ঙহাক লাংনব লোয়রগ ময়ুম চৎনখ্রে। নিংথেম মাগী কাদ চঙলক্কুন ফমুংদ ফম্নরে। চিঠিহু পারে অতৈ করিস্থ ওইরমদে মহাকপু লাক্লবগী পাওজেলনী, পাব লোয়রগ মহুনু কুপ্ন শেগাইরগ মনাক্ত ফম্লীবী মহাক্কী মথক্ত তপ্ন তপ্ন থাদরন্নম্মী।

হৌজিক
তমুবী অতোপ্প
মফম অমদ লাক্লে।
নোংমাইজিং চীংগী চীংশাদী
নত্ত, পরেং লোন্নচীং অমগী চীংমায়দ
লৈরবে। মফম অসিদসু তমুন হান্নদগী করিসু
খেন্নদন লৈ খেন্নব হায়ববু মফম অসিদগী চীংথাও,
চীগোংলৈ লৈশংগী মথক্ত কাকলৈ খোঙ্গমমেলৈ, শমজিরেন
চরোং চরোং য়াম্থবদ নত্তন লশিং পাম্বীন মরাং কায়ন হোই।

মফম অসিদদী চীংগী ইফুৎন নুংগাইরক্ত চেন্থরকপগী ত্রোং ত্রোং খোম্থাং য়ৈ. মফম অমগ মফম অমগা মান্নদে য়েংঙকপ মতমদ্দ মিৎয়েংগী পলেপফম লৈতে মফম অসিদদী লৈচিলন হকচাংদ ঙাথু-থেংজুরমগ চৎথি।

তমুন পীরিবৈঁদ মনেগী মুমদ লৈশ্বিবৈঁদ মাগী মামন পোলাং শাব উরকপদগী মমাংগী পুন্সিদ পোলাং শাজুন লেনখি অতুবু মফম অসিদদী হান্নগুম পোলাং শাবগী খুদোং চাবতু লৈত্রে। চীং লম্বীদ থেংনরকপ মুম অমগী মতৈ মনাও অমগী মতেং লৌজুন তমুন মফম অসিদ খ্বাং শাজুন লেলম্মী হান্নগুম তরানিমরক থামখায় মরকত মুপা অতুন তম্পাক কুম্বদ ফিত্ত য়োনবিরকই। মফম অসিদসু তমুবীন খ্বাংগী তেমতু দং দং য়েন য়েন হেনবু ঙায়রম্মী।

তমুন নারক মোংশোংলক্ত হেনন চৎথ্রব মতুং চহী অনীরোম ফাওব লৈরম্মী মতম অতু মহাক হান্নদগী করিসু খেৎনদন লৈ, হেনবু ঙাই। মমাংঙৈগুম করিগুম্ব মতমদসু রাগী উখোংতু ঙাজুন থেংলফাওব থাজ মঙালদ হেনবু নীংশ্মীজন লৈথোকই। অসিগুম্ব থাবল ফরব

মুমিদাং অমগী নোংঙালমদাই য়ৌফাৎত্রিডৈ অতীং মমৈদ মহাক্ন মনেগী খুন্নদ লৈরিঙৈদ হেন লাকখিবগুম মুমিৎ অতুদস্থ অনীরকগুব ওইন হেন লাকখি।

তশেং তশেংলব মুংথিলনী মুমিৎন নোংচুপ চীংয়াদ নকশিল্লকপ মতমনী। অশাব ফুংশিৎ লোয়খিদুন অইংব মুংশিৎন য়াকায়রকপ ইকচাংদ খর খর থেংব হৌরকপ মতমনী। চাকতারম্ব উচেকশিং মহুম তম্ন পাইখৎনরক্লে ইরাং পুবী খরদী অপুংব উশাদ তোংডুন মথংলেনবু লঙনদুন লৈথোক্লী। মুমিৎকী মৈশাদ অয়ুক্কী লিক্লা কংলুরবী হৈনা-লৈনা পুম্নমক মুমিদাংরাইগী অইংব মুংশিৎন থেংলরবদ ঙম্নমক ইথক হৌরে, মখোয় মশেল য়েংথিনব য়াওদন খুংশন্নদুন জগোয় শারে, শ্রিং শ্রিং ওনশিন্দুন পংনোকত নোকই নহা অহল খায়দে পুন্ন মথোই কানিন্নৈ। অতিয়াদ মচু তরেৎকী চুমথাংন কোইন খল্লী পুম্নমক অসি তম্বান নাপীতন পুমশং শংন হৌরব লৈপুং অমগী মথক্ত অশংব মোনতেকত ফম্বগুম থরায় য়াওন কেন য়েংই শমজিদ শমজিরৈ; অঙাংব লৈন নাকন্দ থেৎলী, লমথাং খুল্লক্কী অপাব ইনফিন হকচাংদ কুপ্পী, ময়েক নাইব ফনেক শেৎলী ক্যাংলিকফাং মরৈ মখল শুন শি। তইংবী তম্নগী মায়থোংদু নাকনগী অঙাংব লৈনা ইরাং পুবী মালহত্রী। তশেংনমক মহাকস্থ ময়ামগী কুম্মৈদু উবদ মশান মশাবু কাউজরে।

কুচু মুনং তৌব মশা পাব মরেপ্প ঙস্ব নুপা অমা লাকই। মহাক অস্থম লাকপন তমুন ফম্লিব মফম অদোমলোমদ চঙলক্তুন মখাং কোন্থরদুন মখুৎন মখুউদ শৌরদুন হান্ন খঙনখিবগুম তমুবু য়েংলম্মী। তমুন লৈথোরকপদ মহাকপু উ.দ ইঙক ঙকই। নুপাদুন মনাক্ত শাৎপ গুলাপ অমবু হেক্লগ মঙোনলোমদ থারক্লম্মী অতুবু লৈদু নুমিৎচুপ্প শালকপ ওইবন ময়ায় য়ৌরকপদ লৈনাশিংদু নুংশিৎন লোইন হুমদোকখিদুন লৈয়োন অতুতমক তমুগী মশাদ পাল্লে। তমুন চান্নন লৈথোরক্তুন য়েংই নুপাদুন মপুংফান নোক্তুন থরায় য়াওন মহাকপু য়েংলম্মী হংলকই—

করি য়েংলম্লিবনো ?

তমুন করি অমত্ত খুম্ব তৌদন চঙরুন নুপাত্ববু য়েংলম্মী। নুপাত্থ তমুগী মনাক তাম্ন চঙলক্লম্মী। তমুন মনাক্ত তাব তেম্পাক লৈত্তুমশিং খুল্লহুন থারক্লম্মী মহুদ নুপাহুন পান্দনব মথুৎ অনী চঙন ঙাকথোক ঙাকথোক্ল অস্তুম অস্তুম চঙশিল্লক্লম্মী। তমু ফম্লম্বদগী হৌগৎলক্লে মফম অহুবু থাদোকতুন চেলকলে মান চেনব ভবদ নুপাহুস্ত চেন্দুন তাম্নরকলে। তমুন কন্ন চনবহুদ মাগী শমজিহু থোকলে লেংবান্দ জ্বাই জ্বাই য়ৈরে, চেনবগী ইথক ইপোমদ শমশিংহু মকা লাম্ন হাইন লৈরে। নুপাহুন লাওরকই— 'কৈদৌরবগে নহাক্ল চেল্লিবসিবু' তমু তাব লৈতে। মখোয় অনীমক কন্ন চেংলকলম্মী। নুপাহুন অমুকস্তু লাওরকই— ঐ য়াম্ন ৱারে মফম কদাইদনো নঙন অস্তুক কন্ন চেল্লিসিবু।

তমুন য়েংঙকপ তৌদন—ঐ নঙ লৈত্তব মফমদ চেল্লিবনি :

তমুগী পাওখুম তাবদ নুপাহু লম্মী মথরায় নুংঙাইতন হায়রকই, নঙন ঐবু অহুম্ন তাথিরবদি ঐ লাকপ তৌররোই।

নুপাহুগী ৱাতাহুদ তমু হন্ন য়েংথোরকই। মহাক হনগদবগী তৌরম্লে, মথরায় শোক্ল—"অরেম্বী ঐগী পুন্সি নঙত্তবু উনীংবন নঙগী ৱাখলন মফম খুদীং শিন থুংন চৎলুরবদ ঙসি নঙবু উজব ফংবদ হেঞ্জুনহান কয়াদ নুংঙাইজব অহুবু পুন্নমক অরেম্বদ তারে"।

'হেঞ্জুনহা' হায়ব মিং অসি তাবদ তমু চেল্লম্বদগী লেপ্লম্মী। নুপাহুন চান্নন থম্মোই শোক্ল— "ঐতন নুংশিজনী নঙনদী করিস্তু নুংশিবিদে অরেম্বনী হেনজুগী পুন্সি" হায়রগ পাকলব মিৎয়েংফম লৈত্রব ঈপাক অমা লৈবহুদ চোংথগদবগী বুমথখিরম্মী। তমুন চঙশিল্লকতুন মাগী মমাংদ লেপ্ললরে মাবু হেক্ল মুন্ন য়েংহুন লৈরম্মী। মখুৎন মহাকপু পায়গদবগী মশাদ শোকপদি ঙমদন মখুৎতু থাঙ্গৎতুন লৈরে হংলুকই— কদাইদ চৎথ্রব নঙগী শকফম অহুদি কদাইদ চৎথ্রব নঙগী কুচু অহুদি—

ঙুপাহুন— নঙতসু ঙাইবদ ঐগী কুচু ওল্লবনি, নঙতবু থিবদ শকফম মাংখ্রবনি। অসি হায়রগ ঙুপাহু ঈশিংদ চোংথগদ:গী হোৎনরম্মী, চোংথবুমদাইহুদ মম্মিংতু তমুদ ঙুংশিন য়েংলগ—

ঙুংশিথোইবী ঐদি ঈপাক অসিদ চোংথহুন শিথ্রগে নঙন চানবীত্রব হেনগী পুন্সিন্ মাল্লেমদ হিংলুব্গী করি কাম্লগনী।

তমুন মম্মিংতু য়েংন য়েংন মথুৎতু তিংথোরম্মী অহুগ ঙুপাহুগী মথুৎতুবু পায়রম্মী তপ্প— নহাকপু ঐগী হেনজুনহ্নারনে?

ঙুপাহুস্ত মঙোন্দ মপুং ফান লৈশিলক্লগ— মানিনে চান্নথোইবী।

তমু মমিত্ত মপি তরং তরং শিস্থরহুন মহাকপু য়েংলহুন কপ্পম্মী। হেনন মহাকপু ঙুংশিন কোনবিরম্মী অহুগ মহাকস্ত মমিত্ত পি চেম্বরক্লম্মী। মখোয় অনী কপ্পমিন্নরে।

মখোয় অনীমক তপ্প তপ্প লৈরাইহু কাখৎমিন্নরক্লম্মী। মমাংঙৈদ চীং কাখিবগী রারীহু তৌন তৌন ঙুপাহুন চীংথক্ত মাগীদমক য়ুম অমা শারে হায়ন তম্মী অহুগ মখোয় অনী লেঙ্গোন্নহুন য়ুম অহু তান্ন লাকমিন্নরম্মী হায় "তমু নঙবু ঙাইবদ রারে করি ঙুমিং লাকনী ঐখোয় অনী উন্নগদব ঙুমিং অহু কয়া য়ান্ন রাৎলিবগে, লাকওবা।"

মখোয়ন লাকপগী লম্বীদ ঙুপা অসিন ঙুংশিব রাহৈ কয়া হায়, ঙাইবগী অরাববু শিংথাই। তমুন তথক তথক্ত মহাকপু য়েংই মখোয় অনী নোকমিন্নৈ।

মখোয়ন য়ুম হেক য়োবদ তমু মীকপ থোকই, ফমুংদগী লোংখাক লোংন হৌগৎলি মমাংঙৈগুম কোকচাওবী কায়, কৌই হেন! হান্নগুম থবাক্কী মিহুন চাওই অহুবু জ্ঞান তারকপদ মোংশোংলক্কী য়ুমহুদ মহাক মথন্ত ওইরম্লে। তমু হৌজিক্ত শ্বর শাংন হোলক্লম্মী হৌগৎলগে হায়হুন য়েংবদ নোং ঙান্দ্রি উচেক্কী মখোল তাবা ফংদ্রি, তপ্প তমু ফমুংহুদ হীপথরে, হীপচবতনি মমিং অহুদি উইশিল্লু হায়ব য়াদ্রে রাখলন চরাংনৈ, হেলন মাগী খুজেং পায়হুন হায়খি "লাকও নঙবু ঙাইবদ রারে।"

তমুন ফমুংদগী হৌগংপদ মুমিং মঙালন য়ুমগী অহোবদ লীংশিল্লকতুন ইমুং পুম্ব মচেৎ মচেৎ তারম্লে। থোং হাংবদ উরে পুন্নমক মপুং ফারম্লে নিতিগী চাকতাব ল্যাকপ উচেকশিং শুরমলে, পুখ্রিদ চরাং পাইরে শিঙ্গারৈ চোইন কেলমলে। মহাক্ল নিতিগী মতৌগুম থোইদোক্ল য়েংঙ্ব তৌদন মুংবংনন ফমজুন লৈরম্মী। হেনজুন মারু ঙাইবদ ময়াং কংলে য়েংবতদ কুচু গুল্লে তমু থংক শুফমদ চঙবস্নু তৌদ্রে।

তমুবী লৈতাদ্রে মফমজুবু হাদোক্লীংলে অইংব মুংশিংন থেংগাইফম চীংমায়দ চৎনিংলে।

তমু লাকই অস্নুম লাকই শাংলব লম্বীদ লেপতন লাকই অহাংব লৌবুক ল্যানথোরকই, ইনফিন তুংদ জগোই শাই পুনবদ চলহৌদ্রব শন মনিং তম্মী।

মাঙদ উরি চীং, অশংব পাম্বীন ফিজোল ওইব তম্পাকসিবু খারমচীং হে শকখঙনদ্রীবা!

ইংন মপুক তপ্ন লোইরোই লোইরোই ঙমথখিজুন অতোপ্ন চীংগ ন্যংশি চান্ন ফমিন্নব চীংমায় অসিবু তমুন থরায় য়াওন কারক্লে।

তমু লাকই। লাপ্নীঙৈদ তরাম্ন কৌহুন নীংথিব শক্তম লৈতেংজুন মৎক্ত ওন্দুন শান্ননীংব পোকহনব, খোরাংব রাখল পুন্নমক, ল্যাক্লব মতম অসিদদী অমত্ত লৈখিদরে লোয়ন মাঙখ্রে। অশংব মচুন রেশম থাবগুম খলহল্লব, মশাগী অশেংব কুচুন খোঙলম্বী য়াৎতুন মীগী পুক্লিংবু চিংশিনব, তমুন হৌজিক চৎলক্লব মতম অসিদদী পুন্নমক অমত্ত রাখলন লাম্ব ফংদ্রে, ফজরম্ব নীংথিরম্ব পুন্নমক মহে মহে চেন্থোক্লখ্রমালে। মফি শেৎলম্ব মীন মফি থাবগুম তমুগী থম্মোইদ মখোয়শিং অতুবু ঙকচান্নরে ইকাইবিব অমা ফাওবিরে হৈনদ্রে অতুবু মসিন মঙোন্দ নীংহন্নব পীবদী ঙমল্লনদে। অকংব উনা, অকংব পাম্বী, লৈতংগাই মথোং চাদব ময়ামশিং অসিন থম্মোইদ ইথিল পীরম্বনু য়াই।

মহাক্ন চাদ-থক্ত' লাকপত্‌ থেংজি. ক্লে মমশিল্লকদোরে মাঙগী লম্বী মাঙশিল্লক্লে। তমু চেন চেন্দুন লাক্লম্মী। মায়কৈ খুদীং ওন্দুন হেনজুনহাবু কৌরম্মী। মহাক্কী খোঞ্জেলত্‌ হৌন কৌবদী নত্তে অত্নবু তনিক তনিক থোরকপ খোঞ্জেলত্‌ চংগোন্নুংত্নদদী খোম্থাং য়ৈথ্রি। খাকলাওব্রব অহীংদ মপান কোম্বীব পাম্বগুম, থেংলক্লব নুমিদাংদ কৈথেল চৎথিব মমা ঙাইবগুম, শোংলব নারক্ত খৌরাংবন চরম ফুল্লব ঈশিং লৌব চৎথিব মহাকপু ঙাইবগুম তমুন অস্নক্কী মতিক খৌরাংবগী পান্দমনীংঙাই লৈতন হনবু উনিংই। খোঙথাং খুদীংগী ইরা হৌই। ইখও খঙহৌদন উনা মরকতগী কৃযেৎ কাযেৎ মৈঙাল অমা উরকই লেপ্পী, মত্নবু মুন্ন য়ংলে মঙালত্নগী মনাক তান্ন লাকই। লম্বী লৈত্রবস্নু মফমত্ন য়ৌনব ফাও ফাওত্নন চলক্লম্মী, নকশিল্লকপদ উরে য়ুম অমনী। তমুন শাংগ্রব লম্বী অসিদ লাকপদ য়ুম অমত্ত থেংনরকতবদী নত্তে অত্নব য়ুম অসিদদী চঙশিন্দুন দারী ময়াদ লেপ্লরে। মতমত্নদ য়ুমত্নদগী নুপা অমা থোরক্লগ হংলকই— নহাক কনানো ?

মহাক করিস্নু খুমলমদে উ য়ুংবগুম লেপলম্মী মত্নদ নুপাত্নন মখা তান্ন হংলকই— নহাকপু কদাইদগীনো, ঐগীসিদ করিত্তৌব লাকপনো ?

তমুন তপ্প— ঐ মফমসিদ লাকচ নী মমহিবন হানখ্রে। মখা তারকই ঙসি অহীংসিমত মসিদ লৈজগে।

নুপাত্ননা— হো লাও লাও ইপাগীদ লৈয়ু চঙলকউ হংগোইগন্নু নমাস্নু ইমুংদ মৈ হৌগৎলী অসি হায়ত্নন মহাকপু পুশিনবিরক্লম্মী।

নোংঙালগ তমু য়ুমত্ন অত্নমক থাদোরক্লে। চীংগী অঙম্ব মথকলোমদ মহাক কাখৎলক্লম্মী। ঙসিদী হেনগ উন্নব যংগনী. মাঙ্গোন্দ ফমত্নন মাবু ঙারমগনী খন্ন খন্ন ঙসিস্নু হেনগী খোঙ্গল লিরক্কী। চাদ থক্তবগী অরাবগ লমশাং লাকপগী চোকথবগ মশাত্ন খোঙ থাংব ব্লারক্লে অত্নগীস্নু মথক্ত অঙম্ব চীংমায়দ কাবনী মশাত্ন হুমাং কারে। নুংশান

অমুক ঙাম্হোক অমুক মমশিন তৌই অকংব লৈবাক মথক্ত খোঙ থাই তিংথঙন খুয়াদ লৈ। শ্বর ফুইন ফুইন হোল্লী। ইফুৎ কয়া লানথোরকই। লম্বীদ অচেনব ঈশিংদ দেংকীন দং দং ফৌ শুরুম্ব থেংনৈ, রাবন শদো থোংলব হকচাংগী মগং মপান খাক্তন চোকথরব, মশাপুম্ব হুমাং মায়পুনরবী অঙাংব কুচু ওইরবীনী। অরা পোথাবোইন চঙশিন্দুন কনাস্থ লৈতব মফমত্তুদ তুমিন্ন মনাকতুদ যম্মী। হুমিৎকী মঙাল মেংই ইরাওখোলন মফমত্তু নিল্লী অপুংব উশাদগী তেনোন তে তে লমজিংশুম খোংলকই, মশক উব ফংদব উচেকতুগী খোঞ্জেলতু অসুক্কী মতিক নৌই। মপু লৈতব ফৌত্তু খোমজিনবিরক্লগ তমু তপ্প হৌগৎলকই।

মহাক অসুম লাকই মনজুনরক্লব য়ুম অমা থেংনৈ অহাংব য়ুমনী নী লৈনরম্বগী ফিবমদী লৈ থোং থোংনাও দারী নাই অত্তুবু রুক্টন লন্দোকপিরমলবদী মাংলে। তমুন য়ুমত্তুবু ঙহাক য়েংত্তুন লৈরে। চোকথবন খোঙ থাংনীংদ্রব মতমনী 'অসিদ ঙাইরগে হেন ঐ য়াম্না রারে' খল্লী। মহাক্কী হেনন পামজব চীংমায়দ থরায় য়াওন শাখিব, উনা রানা মরক্ত চীক্ক লেপখিব মফমত্তুদ হেনগ মাগন রান য়ৌমিন্নখিব, মফমত্তু রাখলদ ফাওরক্ল। মাঙদ লৈরিব ফিংমত্তুগ তমুগী মিৎত মান্নংকই রাৎলিব হায়ববু হেন মহাক্ত ঙাইরে। তপ্প চঙলকতুন দারীদ ফম্মী অশাংব শ্বর অমা হোন্দোকই।

হুমিৎ নিনি চৎথ্রব মতুংদ তমু পুল অমা পায়তুন ঈশিং শোকপ থোরকলম্মী। অত্তুবু ঈশিং লৈফমদি খঙদে। খর চৎলগ চপ লেপতুন ঈশিং মখোল তারম্মী অত্তুবু মাগী নাকোংদ উচেক্কী মখোল নত্তন করিগুম্ব মখোল অমক্তস্থ তারমদে, লেপ্পম্বদগী মখোঙন চিংব মায়কৈরোমদ অসুম লাকই তমুন অসুম লাকপদ য়ুম অমা থেংনরম্মী। য়ুমত্তুগী মাঙ্গোল মচীদ নুপী অমা খ্বাং শাত্তুন লৈরম্মী তমুন চঙলকলগ হংলুকই—

ইমা রা অমত্ত হংজগে মফম অসিবু ঈশিং কদাইদ ফংবগে— ? মতুং ওন্থোকত্তুন লৈরম্বী নুপীত্তুন ওন্থোরকলগ মখুৎ থিল্লত্তুন তু আদগী উথ্রিব লম্বী মচা অসিদ খর চৎলগ মখোল অতুম তাব ফংলনি।

তমু মফমত্তুদগী পাক্ক চৎত্রে মচু মচু তিংত্তুন লৈরিব লং অত্তুবু য়েংত্তুন লৈরে মখা তারকই ইমা মসি কৈদৌনবনো ?

ইবেমা য়োন্নবনী।

কদাইদ য়োনবগে ?

অা তমদ নপান চংলগ য়োনগনী।

তমুন ফিত্তুবু নান্দুন লৈরম্মী। তমুবী খল্লী হান্নগুম মফম অসিদ পোলাং শাত্তুন লৈব ওনলোইদৌরি মত্তু ওইখোকপগী ব্রাংমদ লৈখ্রে। পুক্রীংদ চপয়ুংন খল্লে মাস্তু ফি শারগে হংখি—ইমা ঐস্তু ফি শাগে ইপান চংপদ ঐগীস্তু য়োনবিরকপ য়াগত্রা ?

করিগী য়াদদগে।

অহল অত্তুন তাকপিব ঈশিং ইফৎ অত্তুদগী তমুন নিনিমরক ল্লুম্নি মরক খুদিংগী ঈশিং শোকপ চংলি অত্তুগ করিগুম্ব মতমদস্তু মহাক্ল ঈচেল অসিগী মরক্কী হুওপাক মথক্ত ফমত্তুন লৈথোকই মত্তু মহাক্ল ব্রাংন চেল্পরকবি ঈচেল অসিবু য়েংসিত্রা নত্রগ হুওপাক্ত ঈশিংন থেংবগী মখোলবু তারিত্রা ? ইনৎ নত্রে হায়রগ পুন্নমক অসিবু নাচুংলুব তৌদন করিগুম্ব ব্রাখল অমা খল্লীত্রা, চীংননিংঙাইনী।

তমু মরক মরক্ত মান শাব ফিগী পৈশা লৌব লাকই। নোংমাদি তম কুমখিব মপা অত্তুবু ঙাইরিঙৈদ মমা অত্তুন হংলকই—ইবেম্ম নহাকপু কনা কনা লৈবগে ?

ইমা ঐ ইতোমতা লৈ।

হায়ম করিগী ?

মহাক লাকত্রী।

মহাক্ল কদাইদ চংখিব ?

তমদগী লাক্কদবনি।

ও মাস্তু চংথোক চশিন তৌত্রা ?

চীংথকত্তু হুংশা নেমথরক্কে হুমিৎন নোংচুপ চিংয়াদ নোংপোক চিংবু খীদায় পীরক্লে। মতমত্তু তনদদি সায্যা ওইরগনি। তমুন হৌগংলক্লগ—ইপাত্তু ল্যাক্লরোইদমালে ঐবু চংপন ফরগদরা—

মমাহুন খুন্নকই— খঙদ্রেনে ঐস্থু, হুমিৎ হুমনিতমক লৈরক্কনি হায়রম্বনি।

মহাক তৌফম খঙদ্রে, খোঙবীন লৈমায়দ তকতুন লৈরে। ঙসি হুমিদাংগী চেং লৈহৌদ্রিবনি মপান লাকপদ তমুবীগী চান্ন থক্কব চেং পুরক্কনী। মমশিল্লক্লে 'ইমা ঐ চৎলগে হয়েং লাক্লগে।'

ঙসিসে করম থোকলগব খন্ন খন্ন মহাক ময়ুমদ লাকলে। ময়ুম য়োৌরগ ঙসাই লৈহৌদ্রে খঙলব চেংফুত্তুদ অমুক হন্ন মখুৎন হুমহুন য়েংলরে, য়াঙদ্রে। লেঙদন লৈব চাকলুকতুগী মনাকতুদ ঙহাক লেপ্লম্লগ ফমুংদ তুমিন্ন ফম্লরে। অহিংতু মিৎকী-কল্লা অমত্ত উইশিনব য়াদে 'হেন নঙবু ঙসি লাক্কদ্রা'— লাকলবদি কমদৌগনি মহাক্ক ঐবু নোক্লগনি।' মহুমদ উচেক্ল য়াওনবগী মখোলন মাগী থম্মোইহু হেন্ন মিপাইহল্লম্মী।

(৯)

অৱাংৱ

চীংথক্তগী চেস্থৰকপ

ইফুৎ অতু লুন জিরি জিরি

মুংজাওশিংবু নান নান্দুন চেস্থৰকই

হায়বতনি ঈচেলতু তমথিদে শাফু লোইনদে

চুন্নগী অঙস্বদগী অনেম্বদ লাকপগী তাংথক অতুতনি,

খর চেস্থৰক্লগ লৈতেম মান্নৈ হায়বদী য়াদে অতুবু ঈচেল

পাকতক্লৈ, অপীকপ নুঙ মচাশিংগী মথক্ত তাংথক নাইন চেল্লী অতুগ মরক মরক্তস্থ অচৌব মুংপাক্ল ৱাংখৎন লৈরি। মফম অসি উ-ৱাস্থ লনতক তৌই অতিয়াগী মশক শেংন উই। নুমিৎকী মঙালন য়েথৈ, মফম অসিদ তমুন হেক হেক লাকই, ইরুজৈ নুংগাইমরক্ত ফমতুন লৈথোকই।

ঙসিস্থ মহাক লৈরাই ময়াগী নুঙ মচা মচাগী মথক্ত লাকই মুঙ্গারৈ মরক্ত লেপ্পী। তমুন নোম্বতুন হৈপাল-লৈপাল নাপীশিং পুন্নমক অমম্মত হেক্লগ মপুল শেম্মী মতুবু অমুক উরীন কন্ন পুনশিল্লী। চেস্থৰকইব ইচেলতুগী মথক্ত অস্থম শান্নৰস্বদগী তপ্প থাদোৱকই লৈ মপুল অতুস্থ মমায় লৈ লৈতুন তাউথরকই। মতুংলোমদ অঙস্ব চীংগী চীংথক্তগী ঈশিংন ঙৌরোক ঙৌন চেস্থৰকই মতু খুশেম চঙলব ঈশিং চাইবীদগী হেন্ন নীংথিজৈ, ঈশিংন মুংজাওশিংগা থেংগাইনবদ অমদী অনেম অৱাং নাইবগী মখোলন মফম অতুবু নীলহল্লী মতু খুৎ কয়া শুন খৎলব যন্ত্রদগীস্থ হেন্ন মুংশিহল্লী।

মুপা অমা লাকই। মমান্নব অমগ মখোয় অনী চীংনুং অসিদ শাদানব লাকপনী। ঈশিং খৌৱাংবন ঙাওৱব ঈশিং থিব লাক্লিব

পাখঙনি। অস্তুম অস্তুম লাকপন ঈশিং মখোল তাব ফংলকপদ খৌরাংব হেল্লি হান্নদগী খোংথাং হেনগৎন থাংই। ঈশিং উ:দ মাইথোং মকা লাম্মী হুংঙাইবগী পান্দম লৈতে, পন্থদন কুমথরকতুন চেন্থরকলীব ঈশিং অহুবু খুজোক খুজোক থকলরে। তাঙ্গা অসিন্নক্তদ লৈ চবুল অহুস্থ নোম নোম লৈরক্তুন মনাক্তুদ লাকলে খুজোক ময়াহুদ তাউরবে হায়ফেৎ ঙকচান্নে খুন্দুন য়েংই ইচম চম্ব লৈ চবুল মচা অমনী থোইন খন্থরুব তৌদন অমুক তাউহনখি। ঙহাক্কী মতুংদ হান্নগুম অমমুক লিরি লিরি তাউথরকই খল্লী করিনোনে কনানা তৌরকলীবনোনে। হন্দক্তি লৈ অহুবু ফাগে হায়ব রাখল অমগ লোয়নন তান্নহুন ফারে হন্দক্তি লৈ ঙাক্ত নত্তে হৈজামশেৎ অহুগ করিনো মহৈ মচা মচা খরস্থ য়াওরি উরীন চেৎন লাকশিল্লি মুন্ন য়েংলে, হৌজিকত মী অমন শেম্নকপগী ফোং ফোং শারব খুৎকী মনম, লৈরিক্ল নিক নিক লাওরবু লৈনাশিং অমদি তেকলিব হৈজামপেৎকী মচুশিং পুন্নমক অসি উবদ মফম খঙদন লাংতক্লব অমা ফাওরকই। ইনক নকপগী খুদমনি। পাখঙহু লৈ মপুলহু পায়হুন কাখৎলকলে। পুক্লিংদ ইরাং লাংব নোক্লিংব অমস্থ ফাওই কি খোৎপদি তৌদে মহাক্তি কিগনব মী নত্তে। মপুলহু খুৎকি খুশেম থুগাইরে উরিন লাকশিল্লস্ব লোথোকলে অমম্মত মচাতান য়েংলগ ইমায়থক্তি তাউথহনখ্রে। নুপাহু ঈশিংগী মতুংইন্ন লাকলম্মী। তমুন হুংজাও অমগী মথক্ত ফম্লী, ফি মথক্ত শেৎলি চীংহুংগী হুংশিৎন মশাপুস্ব য়ৈ শমশিং লেঙই মশাদ হুংশা মঙাল চান্নন ফংদে ইমায়হুদ য়ৈ মহুদগী থকৎলকপ মঙালন মাগী হকচাংদ য়ৈ। লোক্লুংগী অইংব ঈশিংন মখুউ ফাওব য়ৈহুন লৈরিবহু নুপা অসিন উরে, খল্লী অসিদ লৈরেদন ঐবু ঙসাইমখৈ লঙনরিবদি। লম ১৪/১৫ হেন্ন লাপ্প মফম ওইরবস্থ হকচাংগী তেখৎলকলিব ফজব শক্তম অহুদি মিৎয়েংগী মায়কৈদগী মমি শামখিদে নীংঙাইদন লৈবন রাখলবু নুংঙাইহল্লি, মশক উবন পুক্লিংবু তেখৎহল্লি নুপা অসিন লেপ্পুন মহাকপু য়েংহুন লৈরম্মী। মহাকস্থ লৈথোরকপগ মান্নরে ইখঙ খঙহৌদন নুপা অমা লেপ্লস্বহুদ ঙকচান্নে মিৎয়েং অনিমক

চীংশিন্নে মুন্ন য়েংনৈ। থেংলব অহিংগী মমাংদ লেপ্তুন হায়খিব 'তমু নঙবু ঙাইবদ ৱারে করি নুমিৎ লাক্কনি' হায়খিব তমুগী হেনজুনহাগী শকফম অতু ওইরমাল্লে হৌজিক মমাংদ লেপ্পরিব। পীগুম খজিক শুক্কুন হেন্ন মুন্ন য়েংই কৌরকখি— হেন !

নুপা অতু শ্বাই লাওই মহাক্কী অশেংব মমিং কৌরকপদ। নুপীতুবু চান্নন মুন্ন য়েংলম্মী। অমুকস্তু খল্লী মহাক্ক ঐবু হান্নন খঙলমালে। শামান লেংমান্নবী নুপী অমগী মমাংদ পাখঙ অমন কয়াম কুইন ঙক্ক লৈগদৌরিবনো নোকমি নোকমি মহাক্কী মনাক তান্ন চঙলক্লম্মী। তমুন তথক তথক্ক য়েংজরম্মী মনাক তান্ন লাক্লিংদু মাগী খোঙ্গুল লিরকখিব মাগীদমক কপখি শকফম অতুমক্তি হরাওন হংজরকই— নহাননখৈ কদাইদ লৈরক্কই ?

মহাক্কী মতৌ অসিন নুপা অসিবু তরাম্ন ওকপগুম নিং খঙহৌদন হংখি করি য়েংলমলিবনো ?

তমুস্তু চিংনব অমত্ত লৈতন খুন্নকই নঙবু ঙাইরমলিবনি।

ঈশিংগী ইচেলন মনিং তম্ন চেন্থব, উ-থম্বালন ফুগাইন শাৎপ মফম অসিদ নুপীমচা অমন ঙাইরম্ব হায়বসে অতাংবনি অতুগ পাওখুম অসিমকস্তু নুংঙাইনিংঙাইনি। তশেংনমক হেনস্তু তুজুংঙি, নুংঙাই পেল্লি মসি মাগী মায়থোংন উৎলি।

তমুগী নারক মোংশোংলুকত লাকখিব হেন অতু কুচু ঙৌই চাংলেম্মী ফজে অতুগ হৌজিক থেংনরিব হেন অসিদী কুচু মুই মশা পায় নুংশিব হায়বতুন মশাপুম্ব লৈতেংঙি অনি অসি খেন্নব খরা লৈরবস্ত চাওরাকপ অমদী মান্নবগুম তৌই। নুপা অসিন ঈশিংতুবু লান্দুন মহাক্কী মনাক তান্ন লাক্লম্মী। মহাক্কী মমাংদ লেপলম্মী। তমুন মহাকপু নুংশিন য়েংই মখুৎ অনীন তপ্প শোক্লগ— হেনজু।

মহাক্কী থোৎ থোৎ লাওরব নৌরিব মখুৎ অতুন শা তান্দুনত লাক্লব পাখঙ ওইব মহাক্কী মশাদ পায়রকপতু খঙহৌদন তুজুংব ফাওহল্লী, পোকঙৈদগী নুপীগী নুংশিব ফাওরকত্রীবতু হৌজিক্ত ফাওরকপগুম

তৌরী। হেনস্থ মখুৎ তিংথোরকতুন মহাকপু চেৎন কোলম্মী। হকচাংদ ঈশিংগী ইরিক লৈ, মায়তু ঈশিংন চামথোকখিবন লেক কাদে। মখোয় অনীমক কোমগোম কোমগোম কোন্নরম্বদগী অস্থুম অস্থুম চেৎশিন্নর কলম্মী মতু মখোয়গী অমন অমবু নুংশিনবগী চাংনি। মমৈথংদদি থম্মোইগ থম্মোইগ শোক্নরে থবাক্কি মিহুন হেংগাইনরে।

মখোয় অনিমক য়ুমতুদ লাকলে লম্বিদ হেনন মহাকপু নুংশিন য়েংথৈ। হেনবু ফমুংদ ফমহল্লগ মহাক্ক থবক খর তৌথোক তৌশিন তৌন তৌন রারি শাই। হেন খল্লি নঙবু শোয়দন লৌরগনি ইমাগ পাজিগদ হায়গনি, ঙহাক লুহোংবগী রাখলদ তাওই মহাক্ক হায়রকখি— ঐ চাক থোংগেকো।

কাতুগী রাংমদ মহাক লৈ পুরা-ন মশক উদ্রবস্থ চৎথোক চৎশিন পুন্নমক্তি উই। লাকপদগী মিৎ অসে ঙহাক্ত মঙোন্দগী লাপথোকত্রি হকচাংগী শরুকশিং তোঙান তোঙান্ন য়েংল স্থু মঙোন্দগী লেংদন লৈরি মতৌত্থু হায়নিংঙাই লৈতন নুংশি, নুংঙাইহল্লি। করিনো মান হায়রম্বতুবো ভাব তাহৌদে চৎথ্রব মতুংদ জ্ঞান তারকই। চানবগী থোৌরাং তৌরকপদ খঙনিং নিংশিংলকই লম্বিদ হিপতুন ঙায়হৌরিব লাকমিন্নব মরুপতু, ঙসাইমথৈ কাওথোকলুই, রাখলদ তাওরুই অতুব্র নিংশিংলকপদগীদি ফমথব ঙমদ্রে ফুক হৌগৎলি। মহাক্কি মনাক তান্ন লাকই হায়রকই— নহাক চাক থোংগদৌরিবরা?

উম।

মরুপ অমা লম্বিদ লৈহৌরি মহাকিস্থ চাক হাপ্লো ঐ মাবু লৌরুখিগে।

ফৈ।

হেন খোংথাং থুন মফম অতুবু থাদোকলে। মতম ফন লৈশিনখ্রে নুংথিল মতুং ওইরে মহাক্ক ফন শাংন লাকলবদ ঙসায় মখোয় অনি কায়নখিব মফমতু য়োরে অতুবু মরুপতুদি লৈরমদরে। মমশিল্লক্রব ফাওবদ হেনন কোইচৎ চৎতুন মাগী মরুপপু থিরম্মী। মায়কৈ খুদিংগী ওন্দুন

খোঙ্জেল হৌন কৌরম্মী অহুবু করিগুম্ব মখোল অমত্তুসু তাব ফংলমদে। ঙসাই মখোয় অনিন চামিন্নখিব হৈগি মকু মৈফম নত্তন করিগুম্ব অমত্তু উব ফংদ্রে। করিগুম্ব মতমদ মখোয়ন মীগী ময়ুমদ চঙজ্রুন অহিং লৈনব য়াওই মহুগুম মহাক্কি মরুপতু অনকপ য়ুম অমদ চঙথ্রবজাৎলা খল্লি। তানচারবদি মহাক্কি নুংশিথোয়বিগী ময়ুমদ লৈরম্বসু য়া?, নত্রগ ঐবু তম্পাক কুম্নসির মহুবু য়ুম হল্লম্লগদরা? অহুবু ঙসিগী শকখঙনথ্রবী নুংশিবি মাগী মফমদদি অমুক্তংদি হন্নিংলি। মফমহু কোয়চং চৎলিজৈদ মমশিনখ্রে। মথম্মোইদ কয়াদি নুংঙাইফাত্তন হল্লক্লে। নুপা খোঙথাংনি, কন্ন লাকই চৌংগী লম্বিনি খোঙকাপ অমত্তং পৈথখিবদ ফৈরেংনন চৎখিব লম্বিহুদ হেন চেলক্লে। মহাক্ক য়ুম য়ৌদ্রিজৈদ লম্বি মশক উদ্রে মফম খঙদ্রে পুংমম মমখ্রে চৎফম লৈত্রে। অহিংহু অতিয়াবু য়েংন য়েংন উ মথক্ত লেপ্লে নিংঙমদন শোল্লী 'নঙন ঐবু করি খল্লীগব'। সোমদ তমুসু থেংলফাওব মাঙ্গোল উখোংদ ঙাহুন শোল্লী 'হেন নঙন ঐবু লঙনবসে হেনমল্লী' মথংগী নুমিৎ অহুসু হেন লাক্তন তোক্লে তমু মথরায় নুংঙাইতে মায়থোংহু অসুক্কি মতিক লাংশিল্লী। মহাক্ক নুংঙাইত্রিব অহুদগী হেনজুনহান অমুক হেন্ন নুংঙাইতন নুমিৎ অহুমসু ককঙাওনরে।

নমিৎন চপয়ুংন হায়গৎলকপ পোম্বি চেক্লা ফাওব ঙহাক পোথানব নুংশিৎ ফাওব ঙহাক চপ লেপ্প মতম্নি। তান্ন উখ্রিব লম্বি মচা অদোমদগী হেনন ইচোক চোকথন লাকপহু মিৎয়েংগী মায়কৈদ উরকই। খঙহৌদন আশাগী মঙাল ফাওরকই। দারি কুমথরক্তুন মনাক তান্ন চেল্লকই। হেনদি চেলকত্রে মহাক চান্নন চোকথরে অহুবু থম্মোইদদি নুংঙাইবগী মিহুন চোংই। তমুন চেলক্লগ হেনগী মমাংদ লেপ্লরে নুমিৎ নিনি মিপাইরক্লব থম্মোই অনিহু হৌজিক্ত মাংখ্রি। য়ুমহু হেক য়ৌবগ হেনজুন হায়রকই—

ঐবু করিনো অমত্ত পিজোব?

চাক লোয়রে চারো।

হান্নন শোকথ্রব ফমুং অতুদ হেনন মকা লাম্ন ফম্মী মনাক্ত মহাক লৈ হংলকখি—

নঙগী মিংবু করি কৌবগে ?

তমুন— হায়রোই।

করিগী ?

শাউনিংঙি।

হেনন মহাক্কি মমিং অমুক হন্ন কৌররোই হায়থ্রবনি মতু তমু কাওদে। হেনদি খল্লি মাগী মতৌ অতুদ শাওরিবনি অনি অতু তুমিন্ন লৈনরে কুইরব মতুংদ হেনন মমিংতু মঙোন্দ য়েংলগ ইরাই লায়ন—

অতুদি নহাক শকখঙদবী।

তমু মমিংতু হায়ফেৎ য়েংলগ খোইরুম তৌরম্মী খল্লী মহাক্তী অসুম্ন হেক্ত হায়বনী।

শকখঙদবী ঙসি অহীংথা থোক্কদরা ?

থোক্কনী।

নোংইন পাইগদর ?

পাইগনী।

থাবললৈদী— ?

থাবললৈসু শাৎকনী।

মখোয় অনীমক অহীংতু নুংশিনন লেল্লম্মী।

হেন অসুম লৈরম্বদগী মুশি মুশি অতিয়াদ থোক্লীব থামচেৎ অতুবু উবদ কোকচাওবী কায় ফুক হৌগৎতুন থোংনাওদ য়েংই, মপান চেঙ্গোরক্তুনা অমুকসু এংই ফন কুইন য়েংলব মতুংদ মনাক্ত লাকলগ তপ্ন হায়রৈ—

ঐ য়ুমচত্তব য়েন্ত্রে।

কৈদৌরবগে

হেন মহাকপু মপান্দ পুথোরকতুন—

য়েংউ থাসে থাশি ময়া নত্রা ?

মান্নী।

ঐ নহানমখৈ কাওই ঐখোয় লৈকাইগী লাই হরাওহৌবী থাশি ষ্মমিংত লাই লোইশিনগদবনী মসিগী মমাংদ য়ুন য়ৌদব য়াদে।

তমু তুমিন্ন লেপতুন লৈরম্মী।

হেনন মথা তারকই— থামখায় চুপ্প হরাওগদবনী মমাংগী থানিংদগী হৌবনী মরক অসিদ ইতাও চলাম্বগ ঐখোয় অনী শাদানব লাকপনী। ইমান য়াম্ন নুংশা থিহৌই থাশি মমাংদ হলকতব য়াদে হায়হৌই। হেন্ন থওায় য়াওশিন্ন নওন খঙলিবতুনঙাই লাইরোইদী নঙদব তৌহৈদে, মীশিং হন্থন য়াদে। কুইরোই নোং ঙাল্লগ লাক্কনী।

মখোয় অনী মায়গ মায়গ ওনশিন্নতুন লেপমান্নরী।

চংখ্রগে—।

হৌজিকমক—।

নঙনররোইদরা চীংনরে।

চীংগী কল্লব নোংলৈ ষ্মংশিৎ, ঙন্ন হৌব নোংহৌ পুন্নমক অসিবু মায়োক্নরব্রব মনজুনরকলব য়ুন অতুগী নাকন্দ তমুগ হেনগ লেপমিন্নতুন তম্পাক্কী নিংথিব শক্তম্ব য়েংলম্মী। লৌবুক্ক পাক্ক পাক্ক লৈব খুলশিংন তান্ন তান্ন উ-ঙাশিংন পাঙক্কন লৈব পুন্নমক অসিগী মথক্ক চীংমায়বু থেংব ষ্মংশিংন অনিগী হকচাংদা য়ৈব থম্মোই অনিতু ইনৌ নৌনরে। হেনন হায়রকই—

য়েংঙু, ইরং লংন চেন্নিব তুরেল অসে উব্রা?

উম।

হেনন অমুকস্থ— য়েংঙু, তুরেল মচা অমন থেক্ক খোয়ন 'চম্থরক্নি খুল খর কোইরুরগ অচৌব অসিগী মনাক্ত চেলিবসে উব্রা—

উম, উই।

তুরেল অনীসিগী মরক্ত লৈরিব খুল অসে ঐখোয়গী খুলনি। মথা তারকথি নহাক লাকউ অসিদ ঐগী লৈফম্নি, তপ্প নঙবু ঐগী নাক্ত লাকলোইদ্রনে?

তমুন হেনবু য়েংলগ— লাকনি।

হেনন মহাকপু থম্মোই য়াওন য়েংহুন নও সোইদ্দন ঐগী শাগৈগী মৌ ওইগনিকো ঐগী নাক্ত লাকনি—

লাকনি।

লৈবাক মীয়াম মমাংদ ঐ নওগ শোয়দন লুহোংগনি। নোংমৈদি নওবু নিঙোল মৌ জগোয় শাবদ য়াওহনগনি।

তমুগী ইচম চম্ব মিৎ অহুন ইংন তপ্প য়েংবহু লাম্থোক্তুন হেনন পাক হেক চৎপ ঙমদ্রে। পম্বনব মতমস্থু লৈত্রে। চিনবান অনি শোক্লবগী মচু হেনগৎলব মায়থোংহুগী য়াতোন খজিক্তং উবহু হেন্ন থম্মোই ফাওহল্লি। অহিং অহুম মপুং ফাগ্রব মতুং খুবাম অনীন মহাক্কি মায়থোংবু তপ্প নাল্লগ হায়রকই— চৎলগে।

হেনগী মায়থোংহু কায়নবগী অৱাব মমি তাদে থাদোকপগী নুংঙাইতবনি, মহাকপু হন্ন হন্ন য়েংহুন মখোং থাংদোরক্লে। খোংথাংহু ইহুল য়াওই নুংঙাইবগী মমি তাই। মম্মুম হেক য়োবগ তন্ন লাকনি মহাকপু লৌরনি মতম্মু ঙাংঙমদে।

হেনন
যাম্ন নুংশা
থিন লাক্চবতু উচিন
নার্চিন্ন লাইরোই নুমিত্ত থুংলরে।
য়ৌরকপগ ময়ুন চঙদন মরুপ চলাম্বগী
ময়ুমলোমদ হান্ন লাক্লে। চলাম্ব লৈরমদে হরাওফমদ
চংখি হায়। হরাওফম তান্ন লাক্লে। চলাম্ব শুকথন মায়থোং
লাংশিন্ন মাইবীদ শেল হুল্লম্লী হংই "মুন্ন য়েংবিয়ু শিখ্রবরা হিংলিবরা
মহাক কদাইদ লৈবগে"। হেনন তুমিন্ন মতুংলোমদ চংলক্লী অতুবু মাগী
মপাওবু ময়াম্ন তানরম্লব মহাকপু হেক উংদ তাদ, ইবুংঙো হেন,
হেনজুনহা হায়তুন রা রা লাংনরকপতুদ চলাম্বসু ওস্তোরকই মখোয়
অনী উন্নরে। চেনশিন্নরক্তুন কোন্নে হংই— নঙ কদাইদ লৈক্লই ঐসু
ঙরাংত য়ুম য়ৌরক্লি। হেনন রারী লীরে। মাইবিকা হুন্দোকলমতন
মখোয় অনী ময়ুমলোমদ লাক্লে।

মখোয়না ময়ুম চঙথিবদ ইমুংগী মীদ নত্তন লৈরম্ব মী পুন্নমক কা
হেন্ন হরাওনরম্মী, শিখ্রবরা চীংনরম্ব মী অমন মাঙদ লেপ্লরে।

হেনন চীংদগী লাকপদ খল্লকই য়ুম হেক য়ৌবগ তন্ন লাকে মহাকপু
সৌরগে অতুবু মফাং মফাং খর তৌরিঙৈদ ঙমত্রে। মহাক্ত য়ুম য়ৌরকপ
মতমদ মপান য়ুমগী নাকন্দ কা মচা অমা তপথোক্লম্মী। মতু মাসু ফৈ
খন্ন মশামক য়াওন লোয়শিন্নব হোৎনৈ। পুক্লীংদি চীংগোন্নুংদ য়ৌখ্রে
হকচাংদ ঙাইরে লৈহৌরিব। ফক্লাংগী রাইতু তৈন তৈন লৈখোম
মরক্ত অহাংবদ অঙাওব মালংদ নুংশি পাওজেল থারকই—

'চৎলোব নখোয়বু থিরুরো মহাকপু, অশুকপ চীংনুংগী চীংমায়দ
ইশুংলাংগী কিব মচেৎ য়াওদন রান খাংন ঙাইহৌরিব, তবা তবাব

হকচাং মরেপ ওইব শাজৎ, অচেংব খ্বাংন লৈতেংব, মোন মোন লাওরব উনশান কুপ্প কোক্তগী তোন ফাওব, খুচাশিংন নানবদ মালং মান থেংবগুম্ন হকচাংপুম্ব ইথক হৌহনব, পুমবুম্বী থম্বালগী থবাকপু পুজবী, চীনবান মতা খোইথুম্বী, ফজবী মায়থোং ন্নুংশিরবী মিৎ অমন তথক তথক য়েংলমগনি, তম্মুরো ইপাওসে খোইরাংলিব ইতৌসে'।

হেন খোঙশানব য়াদ্রে মমান চৎকে হায়ব য়াদ্রে পন্থবস্থ ঙম্মকত্রে লৈবম খঙদ্রে। মহাকন মাঙদ তত্তন লৈরে। ফমুংদগী ফুক হৌগংলি। মমাদ হায় 'ইমা ঐ চৎলুখিগে হন্দক্তি কুইরোই য়াম্ন থুন হল্লক্কনি'।

মমান চৎলু হায়দ্রে, হিপচবত মঙাইরে মমিক্তি উইশিল্লু হায়ব য়াদ্রে, ফমজবত ঙাইরে মাঙগী চাকলুক্তু মচি লেঙদ্রে। মমান মথৱাই ন্নুংঙাইতন হংই— কৈদৌরবগে নঙবু নশা ঙমদ্রব্রা?

ঙম্মী ঐ অমুক্তং চংত্রিমথৈদি করি অমত্ত তৌনিংদ্রে।

মমা তুমিন লৈ মচান মখা তারকই— হন্দক্কী খোঙচৎ অসিন অরোইব ওইগে অমুক্তংদি চৎলুখিগে।

হেন তমুগীদমক খোঙ শাল্লক্লে, থম্মোইদ ইহুল য়াওন ময়ুমদগী চেম্থোরকই খোঙথাং খুদিংগী মাবু নীংশিংই চামা চামা হেন্ন থৌরাংলকই মাগীদমক ৱাখল তৌই।

অসোমদদি কমদৌরি হেনন চৎখ্রব মতুং তমুন ককঙাওনন লৈহৌরে মরমদি হেনন মাবু চান্নন ন্নুংশিখি থম্মোই য়াওন খোংজংখি। চহী অমা চুপ্প লৈমিন্নখিব মোংশোংলক্কী নিংথেমন উৎখিব চাং অত্থু চীংমায় অসিদ হেনজুন ন্নুমিৎ হুমনিদ মপুং ফাব ঙমখি। চৎলমদাইগী মতমদ অমুক লাকখিনি হায়রম্মী ন্নুংশিন বিদায় তৌনৈ নোক্ক নোক্ক কায়নৈ।

তমুন হেনগ লেপমিন্নখিব মফমত্থু নিতিগী লেপ্পী তম্পাক্কী ন্নুংশিব শক্তম্বু য়েংই। অরংব ঈচেল্, মরী মরী লম্বী কয়ান থেকন কোয়ন চৎলিব অমদি থুলগী য়ুমদগী লিরী লিরী মৈখু, পুম্নমক অসি য়েংই। ঙসিদি লৈচিল্লন পান থাংবন ময়েক শেংহন্দে মসিমক্ক তমুন হেন্ন পুক্কীং চঙন মফমত্থুবু য়েংহল্লে। হেনগী মায়কৈ হায়বসিমক্তবু তমুন থৱায়

য়াওন মুংশিজ্জৈ। হেনন মহাকপু লাকউ হায়খি মহাকস্থ লাক্কে খুমখি। অরংব তুরেলগী তোর্ব্বান্দ হেনন ফম্লমগদবোই নীংই অতুগ শেংদব শক্তম অসিন তমুগী থম্মো·বু পেলহন্দে মফমহুদ চৎনিংই। মহাক ওমচাক্লরে পম্থব ঙমমকত্রে।

পুম্নমক অসিন লমজিং ওইতুন তমু তম্পাক কুমথরক্লে। থোং কয়া লাম্ভোরকই খোং কয়া হেন্দোরকই অতুবু চীংথক্ত উখিব শক্তমশিং অতুদি অমত্ত মশক খণ্ডম্রে। করিগুম্ব মফম অমত্তনস্থ মহাকপু তরাম্ন ওকত্রে। তম্পাক অসিমক্তদদি তমু মফম খণ্ডদরে। লৌবুক ময়াদ লম্বী অমা লৈবতুদ মহাক লাকলে মুংশিংন মরাং কায়ন শীংলি ইনফিন লমহাংদ হায় হুম্মী। লম্বীগী নাকন্দ কেরা হৌই, হাবুং কয়া লৈ। মুংশান হকচাংদ য়ৈথরবস্থ নোংথক্ত লৈচিলন মখেল লাংঙি।

লম্বী ময়াদ হেৌব হৈনীং পাম্বী অমগী মখাদ তমুন অরা পোথাই। মায়দ হুমাং মখিক মরিক চোংখৎলী তুহাওগ শম্নব লাইবক্কী শম খরদি হুমাংন তকখিবন ইচোং চোংলে। হৈনীংগী মশাদ ক্বাকন পোথাই মঙক নোম্লতুন লোরব খোম্থোকত তপ্ন তপ্ন খোংলকই খোঞ্জেল অতুমক্ল তমুদদি কা হেন্ন মুংশিব অরাব ফব হায়বতু ওইহল্লে। পাম্বীতুগী মখোংদমক্তি নত্তন খিত্তং চৎলগ লৈরংন শাব য়ুম অমা লৈ য়ুমতু লৌবুক ময়ায়দ লৈ হায়ববু লৌতাংশংমক্তি মান্দে থোং থোংনাও ফাৎলি অতুবু মীদি লৈতে। শরেপ ফারক্লব ফৌনান ইকোয় কোয়শিনব মরক্ত ম.দাম ইংন নোংখাং চাইরম্ব লৌরিন লম্বী ওইব, অশেংব মুংশিংকী কা দোংফম, হৈনীং পাম্বীতু নত্তন অতৈ মরুপ লৈরমদব য়ুমতুগী কান্নুংদ তমুন তপ্ন তপ্ন চঙলগম্মী।

তমুন চৎপ্রব মতুং চীংমায়গী য়ুমতুদ হেন থুংলরে। হরাও তয়াম্ন ইমুংদ চেনশিল্লকই। মহাক লৈরমদে মপান থোকতুন অকোইবতু কোয়েং য়েংই কৌবদী কৌদে কৌফম খণ্ডদে। হৌজিক ফাওব হুংঙাইতবগী মমি লাকত্রী হঞ্জিলকতুন মাঙ্গোলদ ফম্মী মহাকপু ঙাই।

ইমুংদমক্তী হায়রমদে মরুপ চলাম্বগী মফম্নদদী মরোল পুম্নমক শুগায়ন হায়রম্মী থৌরাং লোয়রম্মো শিন্নরম্মী অদুবু মহাক্তী হল্লকত্রে। হেনন নীংথ কায়ন ইমুংথদ লেপলম্মী। লম্বীদ শেমলকপা নাচোমদু হুন্দোকলুদন খোংনেৎনখি। নোংঙালগনু মহাকপু ঙায়রি মহাক লাকত্রী। হেন্দু ঙসি অহিংদী কপলে তৎতন শোল্লী 'নঙসে লৌনম চৌইদ, হাকমল্লীকো, কুদাইদনোনে নঙন চৎলিবনুবো'। হেন নুমিৎ খরনী লৈরম্নগ নীংব কায়ন য়ুমদু থাদোকখরে।

পোইন্নু থাগীন থানীং রাকচীং থাম্মীন থামাং, লৌরাং শুং শিংখীদী চীন্ন লৌরোক পান্থা, অহীংগী মতমন শাং নুংথিলগী মতমন তেন ইংবন উল্লেন হৈথ থা, নুমিৎকী মঙালবু পেনব নাইদব মতম, অতিয়াদ লৈচিল মপৈ শান্ন থা, নাকেন থাদী ওইব অইংব নুংশিৎপু পামদ থা, শংলম্ব মচু পুম্নমক্ক সনা মচু ওনবদ নত্তন পুম্নমক মালেমদ হৈথ থা নঙবু তমুন নুংশিন য়েংজে।

সন্ধ্যানী লৌবুক্ত লৌ খোইরুব মী পুম্নমক ময়ুম ময়ুমদ হন্নখ্রে। খুলগী খুমশিং মৈ থানগৎনরক্লে। শনবিশিং শঙ্গোলদ চঙনখ্রে। তমু মৈ চুখৎপ কন্ন লাক্করী। মপান্দগী লাওরকই—

করিগুম্ব অমত্ত হংজগেব।

তমু খোঞ্জেলছু মঙফাওনরকপগুম থোকখি খঙপ্রেক খংন খুমলক্কই করি ওইরবনো—।

তমুন থোরকপদ দারী ময়াদ নুপা অমা লেপলম্মী তমুন হেক থোরকপ উবদ নুপাহুন— করিগুম্ব অমত্ত হংজগে তৌবনী মফম অসিবু কৈথেল য়োগদব কয়া য়াম্না রাৎলিবগে?

মহাক্ক হায়রক্লীব রাহৈশিং অছু তমুন ভাব তাম্রে মরমদী অমম্বহুদ থোরক্লীব খোঞ্জেল অছু চীংথক্ত মাগী মনাক্ত লেপখিব নুংশিব হেন অশেংব হেনজুনহাগী খোনফমগ চপ মান্নে। লুম্ন থোরকপ খোম্হোক্ক মেংন নুংশিব শুরদ তাম্থ নায়ন থোরকপ মহাকতুদবু খল্লমীব তারকত্রীব কুইদ্রীব, তপ্প থোরকখি— হেন!

মপুং ফারব থানিলন তাম্ন উরিব রাতোন্দগী হেনগৎলকতুন থাবলন অমগীন মাংদ অমগীন তুংদ য়ৈতুন লৈরে। পুম্নমক ইহাং হাংই ইচীক চীকই দারী ময়াদ চঙশিলক্লগ শিরব খোন্দ— "নঙবু হেনরনে।"

লাক্লীব মুপা অসিগী মমিং য়োইমহেন কৌই। ইচম চম্ব মুপা অমনী ইঙক ঙকই কম্বিনো খঙনবগুম হায়রকই। ইমা মরিবু ওঃরমগদ্রা ইপা মরিস্থ ওরমগদরা মীশিংন কৌই মহাকপু হেন হেন য়োইমহেন। হংলক্লীব রাহং অতুগী পাওখুম পাক পীব ঙমদে। মানী হায়সি খুম্ব ঙমদে নত্তে হায়সি করম হায়গনী। ঙহাক ইক-আ তৌতুন লৈরব মতুংদ হোহ হায়ব তারে মতাগুম খুমলকখি— হো ই। মখা তারকই— ঈশিং গ্লাস অমত্ত থকচগে।

তমুন ঈশিং পুথোকতুন পীরে মনাক্ত লেপলরগ—'নঙবু ঐগী হেনজুরনে' ঈশিং থকপগী মখোল থোকপতুন তমুন উম হায়বগুম লৌরুরে।

অতুদী নহাক কদাইদ লৈরুই, মরেংবান্দ পায়তুন লাকও চঙলসি ইমুংদ মুঙাইন পোথাররো।

মুপাতু মাপী মশা শোকলকপতুদ রাখল অমা লাক্লী। খর হন্দোক্লগ লেপ্লে— কম্বিনো তৌরিবসিবু—।

করি তৌরবগে?

মুপাতু পাখৎলে নঙন তৌরিবসিবু করিনো? ঐবু লম্মুক্লহনগে তৌরিবরা, ঙমলোই নঙগী অনিংবদ ঐবু পুবদি ঙমলোই ঐ খঙলে নঙসে ওকতবীনি মফম অসিদ নাইতোম লৈতুন মীপুম খুদীংমক্ক চীলোক্লবীনি। ঈশিং খুয়া অমগী মমলন নঙন ঐবু লৈগেরা নঙন ফন হোৎনতুনস্থ ঐবু মাঙহনবদী ঙমলোই। ঐগী মুংশিবীগী মফমদ ঐন কৈদৌঙৈদস্থ লৌনম তৌরোই। নঙ অসিদী মহা ওক্তবীনি মহা ফত্তবীনি নমথাক তৌবীনি। ঐদি লুহোংগদব থা ফাক্রবনি নঙদি ঐন তুকৎচৈ পামদে হায়রম্নগ হন্ন ফাওব য়েংলমদনা অমম্বতুদ মুপাতু চৎপ্রে।

তমুন চীংদ লৈরিঙৈদগী মশাহু খর খর ফৎচিল্লক্কব হৌরবনি। হেনন ঙাংলম্বশিং অহু মহাক্তি থোইন জ্ঞান তাহৌদে ইঙক ঙকই। তশেংনমক তমুদি চীল্লোক্লবগী অর্থ খঙদে। ওক্তবী হায়ব ৱাহৈ অসি অমুক্তস্থ তাখিদ্রি অহুবু অসিগী মখৈদি খঙই হেনন মঙোন্দ শাওই চৈ মহাক লুহোংগদব থা ফাদ্রে মান ঐবু ফত্তবী নমথাক তৌবীনি হায় ঐবু তুক্কচখি পুন্নমক অসিগী মথক্ত হেন মঙোন্দ অমুক্ত চংখিদ্রিব লিচং চংলী শাওই চৈ। পুন্নমক অসিন থোৌরব ময়া ওইহুন তমুগী থম্মোইহু থাংন মতুপ মতুপ ককপগুম ফাওরম্মী অসিগীস্থ মথক্ত মশাস্থ ফংচিল্লকত্রবনি। তমু চান্নন অনাব হায়বহু ওইরে।

ফাইরেলগী উরু-রু শিংপ ন্নুংশিংন অতিয়াদ লৈরিব লৈচিলগী মশকপু মীক্লুপ খুদিংগী শক্লোন হোংহনব, উ-ৱা খুদিংমক নাকেন থা লাক্লনি অনৌব য়েন্নীং চোংলুনি।

লৌবুক ময়ায়দ লৈব মল্লব য়ুমহুগী ৱাচেংকী ফমুংদ তমু হীপ্লি। মহাক হৌগংপ ঙমদ্রে থোংজাওহু ঙাশিন্দুন লৈ থোংনাও অমা ফাংলিবহুদি হাংদোকই মহুদ লৈচিল মপৈ মপৈ পাইরিবহু তমুন উই।

ঙারিয়ান চীংগী চেক্লান থেকন হায়ন শান্নজব মফম লমদমও লমস্নুংশি. ৱাইথৌ চীংগোন্নুংদগী শিংলকপ স্নুংশিংন নোম নোম তাংথক নাইন শিংতুন শম্লাংবু মফাং মফাং পুব, লেংবান্দ য়ানব ফিন শর শর হায়হুন পুক্লিংবু স্নুংঙোল্লহনব মতম, মতম [অমগী হেন তমুগী হেনজুনহা অশেংব নিংথেম অহু লৌবুক ময়ায়গী লস্বী অসিদ লাক্লী। লমশাং

লাকপগী খর ৱারৱস্থ ইহুল লৈ অতিয়াগী মচু ফজৈ লৈচিলন শান্নৈ। ষুংশিৎকী মখোলন লণ্ডনৈ। নিংথেম ৱাখল নুংঙাই ষুংঙাইন মহৌশাবু য়েং য়েংতুন লাকই। নুংশান লৈচিল মরক্ত অমুক ঙাম্থোক অমুক মমশিন মহাকস্থ লণ্ডনব য়াওরি।

সোমদ তমুদি চীক্লব ইমুংগী ফমুং মথক্ত অনাবগী চৈনা খাংব ঙমদতুন হিক্ল হিক্ল কপতুন ওন্ন থোইন খাংলম্মী।

লম্বী ময়াদ হৌব হৈনীং পাম্বীতুগী মখোঙদ ঙহাক পোথাগে হায়তুন নিংথেম চঙলকই অকোয়ৎতু লৈন য়েংই মনাক্কী য়ুম মচাতু থোং লোনব উই। করিস্থ থৌশারুদে। মনা অমত্ত য়াওদ্রব চাউরব হৈনীং পাম্বীতু চরোং চরোং য়ান্থরিবত্থ য়েংউব মীপুম খুদিংমক্কী মিংফম হোংব ঙমহন্দে অস্থক কুইন হিংলকপ অসিদ অস্থুম্ন পানবদি অমুক্তস্থ উখিদ্রি কা হেন্ন পানবতু পোখোং অমা চনবগুম পুক্লীংদ খলুহল্লী। ঙহাক ফল্লব মতুং মালংগী ঈথক ইপোম ৱাখলগী তাম্থা মরক্ত নাহেব মখোল অমা তারকই। নিংথেম কোইয়েং য়েংই মী লাকপরনে কনাস্থ লৈতে মল্লব য়ুম অতুতনি। হৌগৎলগ য়ুমতুগী মনাক্ত চৎলৈ ফন কুইন লৈরব মতুং য়াম্ন পীক্ল শ্বর হোনবগী মখোল অমা তারকই, মুন্ন তারে অনাব মী অমা ৱান শ্বর হোনবগী তাম্থা মাল্লী। তপ্ন হৌগৎলক্লগ য়ুম অসিবু কনা কনা লৈবগে।

হায়রক্লিবতু তম্ন তাই তেলক্লব মতমগী ফুইন হোল্লব শ্বর মরক্তনি—

কনানো ?

নিংথেমন শোইদ্রে মী অমা লৈরী অনাব ওইরমাল্লে। থোংজাওতু পুনা য়াওন লোলশ্ব নত্তে উপাক্ল খনজিল্লশ্বনী মতু তপ্ন লোথোক্লগ ইমুংদ চঙলে ফমাংতুদ লেপ্পী।

'ঐবু ৱারেদ নঙবু লাক্লোব'

ফমুংদ লৈরীবি মহাকপু থৱায় চঙন য়েংই, অমশ্ব মরক অতুদগী তমুগী মশক অতু অস্থুম অস্থুম উব হেলক্লী। মশক্তু মপুংফান উরে

শ্বাই লাওই·হকচাংগী কয়াৎ খুদিংমক হৌনরুব নাইদন অমত্ত ওইন নীংশিংলকই অত্তৌংগী মোংশোংলক্কী শকখণ্ডদবী মহাক্কী নুপী, মচীন্দ থোকখি নহাক—

তপ্প ফমাংত্নদ ফমথরক্লম্মী অত্নবু মখুৎতু তিংথোরকপদ ঙাইরে মহাক্কী মশাদী শোকপ ঙমদ্রে য়েংত্নন লৈরে। চহী অমা হেনন লৈমিন্নরম্ব পুন্সিত্ন ঙহাক্কী মনুংদ ময়েক শেংলকখি। মফম অসিদ করম্ন লৈরম্লিব। নিংথেম য়াম্ন নীংঙমদ্রে। চহী কুলত্নমদোইতমক মপুং ফারক্লীবী তনৌ তনৌবী মায়থোংত্ন মীৎ খজিকতং খাংলক্লবী নুপী ওইবীগী চহী মতাংদ তমুদী ফমুংদ লৈরী। মুরৈনব কুচুদ অঙাংব মচু থালম্ব ময়েক শেংদ্রে, শমগী ফজব মাংখ্রে চনৈনন উরে, চুবাগী ফজব মঙম ময়েং তারে, খ্বাং চেংলে খুদাং পীক্লে মাইথোং কংলে। চৎলমদাইদ হৌহনখিব ইরা লাংহনখিব মীৎকী মচু নৌহৌনন হৌজিক্ত হৌরক্লে। হৌনরুদন চেম্ন্নরক্লে। হায়নীংঙি মফমদ এহাক ল্যানখ্রে অত্নবু মপালদদী থোরকখিদ্রে নীংঙমদন—

নহাক, নঙ এবু খঙদ্রবরা?

মখুৎতু তপ্প মহাক্কী মথক্ত থমলকই। থাজরুদব অশাগী কুইন ফংলকত্রব নুংশিব মীগী মোন মোন লাওরব পামজব খুৎন নানব অত্নবু তমুন ফংলিবরা? মমিৎতু তপ্প পাংথোরক্লগ ফুইন হোল্লব শ্বর মরক্ত ৱান—

"মাগী অশেংব মঙালবুদী এন মিতারুদে অত্নবু মাগী মঙালন ঙানজব থাজবুদী এন কল্লকই"।

নিংথেমন য়েংথোকখিবদ থোংনাও মচাত্নদ মঙাল য়াওদ্রীব মচেৎ তাব থাত্ন থোকলম্মী। অকংব উনান থোংনাওগী অহোবত্ন লান্দুন পাইথখি, তপ্প তপ্প শিৎপ নুংশিৎকী মখোলন কা অত্ন নীল্লী মরক অসিদ অথাপ্পদগী শনজেননহাগী তৌদ্রী মখোলস্থ তপ্প তপ্প কা অসিদ চঙলক্লী।

মথংদা—ফোংজরগনী

“হন্দক মপোক অসিমদী মগুংলাংগী থমজরগে”

( নোভেল )

হান্নন ফোংখ্রবা

“মল্লবা ডাইরি”

( য়ারী মচা )